# লিক্লী+মুংশিলোনবী

( ছাত্রশিংগী ইব অমস্থুং উৎপ তম্মব )

লেংখিব।

[illegible]

[illegible]


জি. সি. তোংব্রা

যামিনী স্থন্দর গোল্ড মেদালিষ্ট,

হেদ ওফ মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, ইম্ফাল কোলেজ।



[illegible]

লাইরিক্কী তপ্প মুখ শাব তায় হয়। উপন্যাসশিং দারা ওইনা লীবনিব পাব মুংতাই, লাই, অতাকপুন অপাবব ভাব তাহল্লি। লীলাদি অতাকপ মাওদন লীলা মীকোকশিংহুবু মা ভাংহল্লগ থবক ওইনা তোঁহল্লগ অপাবব বিচার তোঁহনবনি, রস চুম্মদ লুব হেল্লি, ভাব তাব মাই লেখক্কী উৎলিবছু মপূম ওইনা উবদ। উপন্যাসতন থোঁদোক অম লীক্কুন তাহনবনি, লীলাদন থোঁদোক্কুগুম থোকহল্লগ [illegible]নবনি।

J. B Priestley না হায়রি "Dramatic Experience is unlike any common experience...... there are certain rare moments in our lives...... perhaps in great danger, when reality itself suddenly turns into dramatic experience as if the whole world were a giant theatre and all the life a drama, so much playwriting is compared with some unknown deeper reality". লীলাগ তাইবংপানগী থোক থাহুন ক্লাওনব, তাইবংপানবু লীলা কুপাককুম মীন থনব অমম্নুং লাইশাব মীয় তোই তাইবংপান্দ মরম ক্লহুন লীলাগী মথৌ বাংন দৈ মীশী পুক্নিং ওনহনবদ।

Dr. Radhakrishnan: "We cannot make people good by acts of parliament. Nor is it possible by Constitutional Provisions to remove deep-seated Social prejudices But through the medium of drama, is it possible to set standards of social behaviour". মাইনা লেখকন এবোয়ন মীয় মনক্লনয় ওনে.

সমাজগী মচু তেংলব অমোংপ শূদোকপ ওইবে। অদুবু নীলাগী পাইখ্রেন সমাজদ খাজংকি পাদম য়াংপ ওমই।

নীলাবু অচাংগী শাস্ত্রপোৎকুম লৌব, মতম ওহাক ফুংঙাইদ লেপ্লব পাইখ্রেন্দ থম্লব চাওখৎপ য়াংপনি। নীলাদি য়েংস্ন য়েংশনবনি পান্নু পাপনবনি, Criticism কোংনবদি পীনা থমন্নুং সাহিত্যগী মশা অচৈবু মশক যুম্ন থঙনব, অক্ক কক্ত থন্দোক্লব য়াই। নোংমু থাদ য়েহাংদ নঙব নাপীশিংবিশু হৌ হৌ চোং-থংখি। কান্নদব মঙ্হোকপ, অমদ কান্নব য়োকপ যীগী মথৌনি, অন্নব চুপ্পন।

জি, সি, তোংব্রা।
আগষ্ট, ১৯৬৭ ইং।

# লিক্লী-লৈম

## ( Miss Bottle )

( ছাত্রশিংন ইব অমস্তুং ঊৎপ তম্নব )

লেংখিব।

জি. সি. তোংব্রা
যামিনী সুন্দর গোল্ড মেডালিষ্ট,
হেদ অফ মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, ইম্ফাল কোলেজ

# লীলা মীকোক।

## ( নুপা )

১। চাওভম— চহি ৬১— পেন্সন চারব স্কুল পণ্ডিত।

২। „ মচা তম্ফাজাও, চহি ৩২, মেট্রিক ফেল, লৌরুংশং মুহৌরী মফম তারব

৩। „ মরুপ থম্বৌ, চহি ৩৪, দর্জ্জী।

৪। „ মরুপ রঞ্জিৎ, চহি ৩৫, সনা শাব।

৫। এক্সাইজ আফিসার, চহি ৪৫।

৬। „ পুলিশ অর্দ্দালী চহি ২৫।

৭। মণিহার তম্ফাগী মচা চহি ৮।

## ( নুপী )

১। লৈহাও, তম্ফামা, চহি ৫৫ রোম।

২। নুপীমচা, তম্ফাগী নুপী, চহি ২৭।

৩। সরলা, „ মচানুপী „ ১০।

৪। রম্ভা, জগোই শাবী, বারমেদ চহি ২২ (লিক্লী লৈম)

---

রূপমহল আর্টিষ্টশিংনা জুন ৫৭ গী তাং ৬ তা নিউ থিয়েটর শাংলকব লীলাহৌদগী থব শাংদোকখিবনি। অহানবা ইথিবনা তাং ১০। ৬। ৫৭ হৈং দনি।

# লিক্লী-লৈম

১/১

কালেন্থাগী অমুক পুং ৭ তারে। তম্ফাগী ভুত্তম কা-ফমুং, মেজ, চৌকী ...... মতম পৈরক্ লাইমু ইমুং মরোই উই। কাচৌন্দ লিক্লী অময়, কাওথল মপ তাক উই। মোম মথাদ লিক্লী মবুক তথ্লাই অম থল্লিব লোৎলিক উই। মেজক শমজেৎ, মিংশেল, গ্লাস জুগোথ চাদক তাব উই। কক্লাংদি ফিল্ম লাইরেম্বীশিংগী মশক্ অহোম থেক্কি। তম্ফাক চৌকী অপৈব অমদ ফমগ ফক্লাংক তম্রিব ফিরুগী লাই যরামছ্ দর্শন তৌরি। মচানিপা মনিহার, খোম্চাও শেগাইব, মো-জাকুম্বিং অচুব শেৎ-লিৎপ, মপাগী মমাক্ত পম্লপ পরপ লাকলগ—

মনিহার— বাজি; বাজি, করি য়েংইবনো?

তম্ফা— ফিল্ম ষ্টার।

মনি— মথোয়ব শিরিব লিক-কোল, কজরব ফিরোল; ফুলিক, শেৎনব সারী ঐথোয় ইমাগীদি লৈবিত্রিব করিনো? হা বাজি?

তম্ফা— নহাক ৩সি লাইরিক তব চক্রবর্তিদি কৈকোয়ে?

মনি— ইবুবোক হোগৎলমথিরোই। ইচেন হায়রিব মখোয়গী ফজ ফজরব ফিরোলশিংসি শেৎচাম্বদি ঐখোয় ইমাস্থ ইশ্বোক্ল ফজনি হায়, চুমব্রা বাজি ?

তম্ফা— নবুবো ক্ত য়াহৌ ওয়নি, লাইরিক তম্মুরো হুজিক্তি হো-গৎলম্মনি।

মনি— বাজি নংন ঐগী কোলোম মুক্তাবীগ চেগ লৈবিয়ু য়াদবগী লাইরিক তম্ব চংলোই।

তম্ফা— হোরেলদি শোইদন লৈবিরক্লনি চৎলো, মনিহার।

মনি— হুক্তিগী অহুম হায়রগ হেক্ত লৈরক্তে নংদি।

তম্ফা— সত্য, নোরোক্তাগে, ওসিদি শোইদন লৈরক্তে।

ম— নহানস্থ রাশকথি করিস্থ লৈরক্তে; বাজি নং ইবুবোক্ত লাইরিক তম্মক্ত্রাও ?

তম্ফা— পিক্লিদৈ তম্মকই।

ম— ইবুবোক্ল নঙোন্দ মীনম্ব ভাংব তথিব্রা ? ঐঙোন্দদি ইবুবোক্ল মীনম্ব ভাংগম্ব, রাশকম্ব হায়হন য়ায় তথিবো। নংস্থ মীনম্ব ভাংলমোই, চে কোলোম শোইদন লৈবিরক্লগে হায়রদি ঐ লাইরিক তম্ব চৎলগেকো বাজি।

ত— মীনম্ব ভাংলরোই, হোরেল শোইদন লৈবিরক্লগে নোম্নোক-তানি, চৎলোনে।

ম— রাশক্তন লৈরকও বাজি। ইবুবোক্তি রাশকপ য়ায় শাওয়ে।

ত— হোয়নে রাশক্লবোই। (ইকাইদৈ)

(মনিহারন ইমুংদৈ শ্লেট, লাইরিক লৌথোকউরগ মপাগী কাছু কাওরগ মবুবোক্তিদ চৎথিব মক্তমদ)

ভ— নিপাম্মচা মনিহার, নমাদি ?

মনি-- ফো শুহোই। বাজি মীনম ভাবে পাপ্লিকো। (চৎখি)
তক্ষান মোন মথাদৈ লিক্রী লোথোক্লগ সুপী উত্ত্রিদৈদ খিত্তং থকহোগে হায়বগী মতাগুম তকিং তকিংন গ্রাস অমদ থর হৈরগ ইশিংগ য়াম্নকুন থকচগে লাক্লরিদৈ সুপীমচান মতুংদ লোম্ন মেংলম্নদৈ হৈদোক্লি্ব লিক্রীদু চোংশিন্দুন লাকখ্রে, মেক্রুগী অকোয়বদ চেল্লে, মী অভৈন তাখিদনব তক্ষান তপ্প তপ্প কোয়তান তান্নরে। মনিহারন লাইরিক থনম্মগ হল্লক পদ উরে।

মনি— ঐস্ন অমাংকোইবৈ ওহাক্ত য়াওগে, ইবুবোক ইরুজহোরি। (ইকাইদুন মতৈমাও তান্নব লেপ্পে)

ভ— কোম্ন তান্নসি, নিপাম্মচা নং বাজি রা অম হায়গে। সি-কিসি পুরগ হোটেলদৈ বোরা অনা ১ কেপস্তেন চুরুট মতৈ অম্নগ লৈরুব হৈগত্র ?

ব— করিগী হৈভনি, লৈবিক্লগে কদায়।

সুপী— ঐ লৈকগে, নংগী বোরা শরুকস্নু থাকপিবমগে, লাইরিক তম্ন থেংখ্রে, চৎলো ইবুংভো, ইবুবোক্ত কোরক্লি্ভৈদ।

ম— অদুদি লিক্রীদৈদু করিনো, ঐস্ন থর থক্তে।

সু— মসিদি হুনি, নংন থকপ মাপোৎ নত্তে, অভং।

ম — বাজিদদি করিগী পীথক্তোরিব, নতাংনি খভই।

ভ— বাজিগীদি হিদাক্লি, হকচাং কনথৎনব, পুক্লিং নাব কনব চৎলো নং, লাইরিক তৌথোকউরো, হোরেল বোরা থাক পিরমগে। (মনিহার চৎখ্রে,

সুপী— সুংদাং সুংদাং চাক তোক্লগ চাক তুম্নব, হিদাক ওইনা থীনা অমমমক্কং থকে হায়রম্বহুন অম্বুক মুংখিল থাম্বদনা অডাং মমাংদস্থ থক্কংলকইবসিবু কমদোগে তৌরিবনো ?

ওফা— ওস্মিদদি মাপ তৌরো, (থুং লোটৈ) দিল মুংঙাক্লমন্দ্রহুন তৌবনি ই'বম্মা। মঙ মুডাইতবসি মসি থিত্তং য়োংত্রবদি য়ারবোই।

সুপী— হুসি থকপদগী মীগী মশক ফজবী সুপী নতিক নপা চায় থঙজন পাম্মক্লে, মহুগী শেল ওক্তহুন জুয়ার য়াওরে, লৌরুং-শংগী মুহোরী বাবু ওইবস্থ শেল পাম্মনবদগী তোক্লে, খুত্তা লোম্বাং নমহৌরে, ইজং মাংলে, মিংচৎ কম্মে, অহল অনী শোয় থঙলে, ননাও লাইরিক তঙৈ মীগী. শেল পুশিল্লে, নচাম্বুগী লাইয়েংনব হিদাক লৈনি থঙত্রে, অডাংগী মফি মরোল হোংবিরদি হায়রুম্বু চে কোলোম কাওব লৈবিব ওমদ্রে। কিভয় অসি য়ৌন থীরুব কাওব হনথিরোই, হু থকথিনি, লিক্রী থাইনব ওম্মরোই হায়রবদি খুদা তৌবিয়ু সে। (লিক্রী পীবে) ঐ চুরুট বোরা লৈঙরুখিগে। থরহুন ওকপিরম্বা লৌরা মথাই অমতুংগ শোংলকখিসিরা ?

(খুম্মজুবদ চংখি)

সুপীন ডাংব তারম্বদৈ ওফাচু মেজ মথক্ত খিজিব লিক্রীদ শংত্রিক য়েংহুন রাখল তৌহুন ওহাক লৈ। লিক্রী মকমদৈ লাইরেরী য়ায় কেরবী মত্তা মশক হায়রুবং উংহুন য়া ডাবলকই।

লিক্রী লৈব— ডামো ঐনে,. ননাও মিংদা থীবীনে। সুমঙী সুপী

অঙাং কিখিয়খদি ঐবু কবিগী সি তাম্ন রাষে মথৈ লোম্বু্র পুখিরকপগে ? ঐখোয়গী আদ অহল লম্মম ১২৩খ বায় সেম্বুন্দ লেংসে, খুদী তৌবিব য়াব নুপী অঙাং খাম্বিনব লৈতব মকমদন হুংভাইবিরোইব্রাও ?

তম্ফা— থওবেনে, শেল লৈতবসিমা———...!

লিক্লী— মতমসিস্থু চাওখৎপ থব রাংলিয়ে। মতমগী ইবাং চাও- খৎপৈ ইচেলসি আজকালগী অহল লম্বম অমম্বুং নুপী অঙা'ন ভাব তানব্রিয়ে।

(নুপীমচা লাকপদ লিক্লী লৈম লোংখি। বোরা থব অমম্বুং চুরট ১ পীবৈ— থাকহোৎলে। তম্ফা থব হৈহুম মরুগ)

ত— হায় বোরাহু অঙাংগী থব থাকলিহৌনি।

নু— কবিলো অঙাংগীদি অয়াইবনি, অরুব কংখিম্বু।

ত— কুচুক কজব চেজংম খিত্তং চিংহুম য়েংগেরাও ? থাওনব তৌনো বিদ্যা হৈতন ম্মাংনি।

নু— কুচু হেঙ্গত্তুন কৈদৌদগে ইকাইব থওনব লাইখুং শক, মাইখাব হেঙ্গৎকদবগী শরুক।

(শাওম মমাই মক্ক ইমুংদ চংখি)

( তম্ফান থক্লিটৈ চারিটৈদ মমা লৈহাওন য়েত্রখাদৈ ভরহুব শরপ পরপ লাক্লগ মচাগী মমাইদ শংত্রিক য়েংহুন লৈরৈ। )

ত— মসিগী হিদাকসি কমজাংবনি ইম', খিংতং য়েংবিব্লো ? মাখ থকপ তুম্ব, অহলগী লাইমম মাংহথ তুম্ব, শদাঅমদৈ য়েন্ন শেংব লূব মহীনে।

লৈহাও— (মুংশা মপী হোত্নরগ) নিপাম্মচা নংমে থকইব হিদাক সিবু ইকাইব হায়ব ইশ্রিহ পঙশিনখিনব্রাও? অত্তাং অনাবগী হিদাক লৈনব শেল লৈতে হায়বদি ইকাইদে, ঐ ফন ঙকই। মথোয়গী য়ু হায়বসি থরুগ অমাংব নত্তন করি তোংজব লৈবগে— ইমাবু ভাব অমুক্ত তাঙন্নু।

ত— (মমান চংশিল্লকপদ মতুং থর থর হন্দোক্লগ) হিদাক্লি ইমা, চাব তুমই, পাঙ্গল কনখংলি, খোনা ফব হেঙ্গংলি, অরাব মুংঙাইতব থাংব মুংঙাই। করিনো. মকম চান শিজিন্নববদি তাইবংপান্সিদ কান্নদব পোং লৈতে ইমা।

লৈ— নমাই তেকনি নচিন্থীন্ন. নংবু পোকপ নমানে ঐ। মকম চান মতম চান শিজিন্নববুদি হু ফাওব কান্নভম লৈ, যেরুব হাংনব শিজিন্নব যাই। ঐন হংইবদি— নংন হৈনরুরিব মহৌ, নংবু ইকাইব খঙহন্দন লম্বী লমথাংদ খোজোইনরিব, নমা নপা, নতু নচাবু মুংশিব খঙহন্দ্রিব, সমাজগী, ধর্ম্মগী মমাইদা হামুক তৈশিল্লু ইন্সিল্লিব য়ুবু নংন অহুক থরাই য়াওন তিন্নরিববু করিগীনোনে? নংমে য়ু থকইত্রা য়ুন নংবু থকইত্রা? চাকথাও চাখংহন্দুন পরপ পরপ শিব কান্ন-দোরিব্রাও?

(মচাবু ফুই, ইন্সি, তম্ফা থুমদে ঙহাক, মমিংন মমাদ তিঙক তিঙক য়েংই)

লৈ— করিগী থুমদে, নচিন্দু থুম্মুনে চিন্থীবা।

ত— মহারস অসিগী ময়াইদি কাখিব্রবদি খঙলোই, মুব থর হৈন-বিগ্রবদি— ফন মুংঙাইদা।

লৈ— কয়ম্ন সুংঙাইরিব মাইথাবা ?

ত— সুংঙাইত্তব থর করবদি— সুংঙাইব নত্রাও ? কোক চিকপ, পুক নাব থর ফনব ফাও হিদাক চানত্রাও ? তাইবংপান্দ নিঙব কায়রব, মীন থানবিত্রব ঐথোয়বু নেশা অচুন ঙহাক্তং মী ওইহল্লি, থৌনা পীবি। শিরুরব নিপা অমবু হিঙংহল্লিব হিদাকসি মৃত্যুসঞ্জীবনী হায়ব রস অচু নত্রাও ?

লৈ— হায়বদি মঙদ ঙহাক সুংঙাইহব, তাইবংপান্দ মায়থীরগ মঙলানপান্দ ঙহাক চেনসিন্দুন লোৎপ নত্রাও ? মচুবু থৌনা ফগৎলিত্রা পাংদচুন লোৎলিত্রা নমা নপান পোকপদ নংবু করি য়াংনু পোকপগে ? নপাং পাংদচুন নেশাগী ঐমীদ ঙহাক য়াইরগ সুংঙাইব কৌগত্রাও ?

ত— সুংঙাইত্রব শাংলব পুন্সিসিদগী সুংঙাইব মজং মতং ঙহাক ঙহাক হেকহৌব ফত্তব নত্তে ইমা।

লৈ— চামন তাইবংদ সুংঙাইনব, মঙলান্দ পাংলম লোৎপগী মতম লৈহল্লোইদি হায়ত্রগ পাঙ্গল লৌশিং, লিংজেল, হকচাং, ইঙং মমল য়াম্নব পোং ময়ামসি মিকুপ থরদং নেশাগী মরুমদ লোৎপগী থাজনা থীব হৌনত্রবে ইকাইব থঙদব মাইথাব, মখিল লৈত্তব মীচেন। (শেৎ শেৎ থাব)

ত— হৈনপ্রব হায়বসি ইমা পাক তোকপ ঙমদে। থর থয় থা-দোকপ তম্নকই। ঐন মসিবু কদাইদগী হৈক্লরিবনো ? ঐবু মী নত্রবা করিবো থঙত্রে ইমা !

(মেজদা মমায় লুকথচুন মথয়াই চারু লৈব— শিল্পী থর লংথাইরম্বগ মমান তুমিম্ন চৎপ্রগ, মেজ মথক্তগী শিল্পী

অমন দক দক লাওন চোংবক কলাবো হায়ডুন ভম্ফান অরুদো থাক্লংতুন য়েংই ।)

লিক্লী— (মশাক্কি উৎনা) ইত্তিক চাব ইরাম লৈত্তন ননাওবু পাক থাদোকপিগনু ভামো । মীন শন্দোকপ ভাথীবা ভাক্কসু থাক্কবিগনু ।

( হীক হীক কপ্প ভার )

(ভম্ফান ফুক হোৎনতুনা রাখল ভৌতুন হঙ্গৎ হন্দা চৎপ)

(পোক হৌবু আনোক হাপ্পব চাওভন ফুরিৎ অম ফৈ-ত্তোম অম শেংতুন লৈকাইদা শেল খুরুবদগী হল্লকুনা লুপা ময়েক ওইন ৭০ কম্মালন য়োমহুন পুরকই)

চাওভন — নং চথে'ক্লম্মনি হায়তুন চেল্লকইবনি । লুপা হুক্তুভরাসি পুনব হোংবদা কয়া রাপ্ত্রবনো থন্দুন য়েংউ । শেন্দোই ১০০ দা থাদ ৫ হায়বদি চহিগ ৬০ কাবগী হিস্সাবতা । মহাজনগী শেন্দোই হুবদা লৌ ইত্থোল শল হবোই ভুমশিল্লক্রবনিদো । ঐ চহি ৬০ শুরে, নংন ননাও অমসুং লৈরিব নচা অনীসিগী থরচ পুগত্রা হায়রগ পেন্সন লুপা ১২।০ দং চাব মাইব থর থর শাবু ঐ লৈরি হায়হুন সুম সুম ভাওশিমহুন লৈরবদি ঐথোয় ইমুংসি রাব ভারেনে নিপা । মাইনরতা পাশ ভৌব ঐন ক্লাস টেন য়োন ভমহৌব নংবু ভখিরিব ভাক-পিরির অসি ইকাইরাও ? পঞ্জিকাদ ম্রাওব হিদাক অমসুং লাইনাদ হৈব ঐন মাইর শাতুন থাক্লগ ইংরেজীগী কেটলোগ কয়া হিদাক লাইনা কয়া পাব ওম্বব নংন মীগী অনাব লাইকোলোযি হায়রক নশাগী লাইপুং কাওব কোকব হোংনব

ওঅদে— নং ঐগী ইচানি হায়বগি ইকাইদোব্রি ঐকো।

[illegible]— মীসি তপ্ন তপ্ন শিংগৎলকই, নাম্বুব লাইনাসি তপ্ন তপ্ন কগৎলকই। চহি ৬০ গী Experience লৈরব মীরোম্ব অমস্থুং লাইয়েংবোলদা। মিং লৈরব বাক্তিগী চহি ৩৫ শুরব নচানি হায়বদা চোপ্তনব কম হোৎনজরি।

চাও— হোয়রে Never late to learn তম্বগী থেংব লৈতে, Never late to cure লাইয়েংবগী থেংব লৈত্রেনে। নমান নংগী থোইদৌ শাওগৎনব শো শো লাওন পংচাংদ চাংবহুদি অনাব নংস্থু শিংলি মথৈ হোরে মাইব শারিব ঐস্থু হিদাক থাদোব কিরে। পুং ৮ কাদ তারমথিনি দাকঘরদা চৎলু লুপা ৬০ থক থাখ্রো, নচা হুপীগী হিদাক ফার্মাসিদ হংলগ লেমইব শেলচুদগী লৈরকউ। পাঙ্গি খুৎপাইদা য়াওব হিদাক্কদি কব তম্মোয়দোরে! মশা শাগত্তুম নারিব নচাগী লাইওংগি নং থত্তইদনা ?

ত— থত্তই বাক্তি, তম্মাং অহিং ঐস পুং অমমোম শেমরমই-পোংনি।

চা— দাকঘরদ মনিঅর্ডার তৌবদি হৈনি, কাওদেনেকো ? শেল থীয়ু।

ত— কারি কাওক্লদগে। (থীব)

চা— আজকালগী ক্লাস টেনসে থম কাওগনি অহুম ইপান নিং-শিংগে তৌবনি।

ত— ভাব তাদব পারাদি কাওগনি, ইশান তাব তান থকক ওইন তৌগ্রব পোত্তি কাওবিব পোং কক্কে বাক্তি ঐদি।

(শেল থীব লোইব)

চাও— ঙাইথো নিপা, নংন লিক্লীগ তাসক ভাব তান কাথিব-
শিংহুন্নু কাওথিরোইগ্রনহায় ?

ভ— মমেক কাওদে, মশাম কাওদে। Bad habit অতুদি'ভাব
তাগুম তাদগুম ফাথিবনি, ইকাও কাওবে হুজিক্তি।

চা— অতদি নংগী ওঝা শিংহু অমুক থল্লরদুকো।

(অডাং অনাবী মবোক্ত পোরকই, নিপাম্মচান মাং থাহুন
লাকই)

মনি— বাজি ঐগী চে কোলোম মুক্তাবী লৈরকউকো, ওইদব
ডাংব পাপনী।

লৈ— ইশুগী হিদাক অহাওবসু লৈরকউকো। শেল হায়হু
পূবিরক্রব্রা ?

চা— ৭০ থক্তং ফংলে।

লৈ— মচানিপাদ শিন্নরব্রা ?

চা— ইচানিপাদ শিন্নদন কনা লৈ ঐন থাজব য়াব মৈতৈ লৈবাক্ত ?

হুপীমচা— (থোংজিন্দ তারম্বদগী) মনিওর্দারসু ঐ তৌজরুগে,
হিদাকসু ঐ লৈজরুগে হায়বু।

ভ— নং হুপীন দাকঘরদা কার্ম্মাসিদ ঐথোয় লৈন লৈন করিগীনো ?

চা— ইচান হায়ব চুমই। হুপীন হুপীগী মথৌ নিপান নিপাগী
মথৌ তৌগদবনি। চৎলো ইপাগী ভক্ষ থেংগ্রে।

(ভক্ষ মচাহুপীগী temperature, মরৈ.........ডহাক
য়েংলগ চৎথিব)

মনি— ঐগী কলম মুক্তাবী।

ভ— কাওরো'ই— ওইদব ডাংব পাপনী। (চৎথিব)

লৈ— ঁচা নিপাদ লুপা অতুক য়াম্ন অতুক থাজন শিন্নখ্রিবহৈ পুক্নিংদ করিমতা চিংনবিত্রাও?

চা— লাইয়েংব হায়বসিদি হিদাক থাদব য়াদে. শেল থাদব য়াদে —ফনি ফংদোই চিংনবগীদমক লাইয়েংব তোকপ য়াদে, ঐগী ইচা অহল্লি। Nurse ওইরিবী মুপী,নথোয়'অনীন থবক ময়ু-ংগী লাক্তর সাহেব ঐন য়ারীবনি। মুংশিব থৌদব লাইনাশ নারিব নচামুপা নপুরোইবনু লাইয়েংগে হায়রবদি মুংশিব হায়রিব হিদাকতু Injection তৌব তায়। পুকচেল ফাব ওমদব, লমচং লৈতব মীবু লাইয়েংগে হায়রবদি Nurse ওইরিবী নথোয়নি পুকচেল ফাব ওম্ব তায়, লমচং লৈব তায় মহাক্ল লৌবকপ য়ানব— য়োংচাবীন য়োংচমদা তক্লগ য়োংচাবী ওম্বগুম। নানি নমৌ মুপীমচা থোকউ অনাবগ ফহনসি পাম্মুই।/চিংনগনু শোইদন ফগানি, ম্নেংব য়াগনি। লমচং লৈবী মুপীগী মচান ওক্তব ওমত্রাও? লমচং লৈবী মুপীগী মপুরোইবন ওক্তব ওমগত্রাও?

লৈ— পাঠশালা তম্নিবৈ ইথুংতা লৈরিভৈদদি ফন ফরম্ব অঙাংনি, হায়স্কুলদা কাহুন অঙাং অনী ওখ্রবসিদদি নিপাম্মচা মমা থোয়ন কমদোন হেদ মিষ্ট্রেস ওইরবনো থংত্রে।

মুপীমচা— পাঠশালা তম্নৈভেদদি চৈ কিবনিন য়ারকপ য়ায়. হায়স্কুলদদি লিচৈস্থু শিক্তিন্নব য়াত্রবনিন লম হেন্ন অঙাং য়ারকপ লাইদে। থংত্রে, সত্যাগ্রহ তোপত্রা, হন্নয়স্ট্রাইক তৌগত্রা ওসিদি শাওনিংবন——।

চা— শাওব য়াদে হেদ মিষ্ট্রেশন, ওরাং মুংদাংবু নিপাম্মচাগী মপা

High temperature লৈত্রা হাইতুন পৈত্থন শাকপ্র ?
Delirium য়াওব্রাও ?

সুপী— ঙরাং Temperature দি ফন হায় ওই, চোইরোলকাদি লোনে।

চা— ঙসি অয়ুক্তি কমদৌই ?

সুপী— থর থক্লগ চায়থাইরিব লিক্লী ময়ামনি।

(চাওভয় লিক্লী ময়ামগী মচায়থাবদ' য়ুম study তৌহুন কোয়ন চত্তুন য়েংলগ, লিক্লী মনমকা নম্লগ হয়াউন)

চা— লৈহাও! নচানিপাগী অনাবসি ফরনিহায়।

লৈ— ঙসি মথুংতা শেলস্থু ফনয়াম্না য়াওখ্রে, ফরক্লনি।

চা— করেম্নম্ সুপী, লিক্লীবু শাওহুন লংথাইবকইবসি অনাব ফননব থুক্তম অমনি।

লৈ— য়াম্ন য়াওদ্রে হায়দুন লংথাইব ওইরমগনিকো ?

চা— অনাব মমায় লৈরমদাইগী crisis নি সুপী। নথোয় Nurse না মতিক চান care লৌকো। তনগনু, ইচা মাংব য়াদে। কদায় ইশুসুপীগী temperature না কমদৌরি ?

(পায়দুন য়েংব)

সরলা— বাজিগ ঐগ লাইনা তিন্নব্রনে ইবুবোক ?

চা— তিন্নদে, তিন্নদে। ইশুপীদি হিদাক অমনপান লৈরক্লগ মরাইন কজনি।

# লিক্লী-লৈম

## ১/২

লশী, অয়ুক পুং ৯ তা'ব।

থম্বৌ দর্জি খোংগ্রাও ফুরিং অমোংগ, রঞ্জিং শনা শাব মফি থর নাম্ব শেংলহুন বাবী শাহুন চংলি। চন্দোলদি ভৌরোক ভৌন থিল্লি অমীমক।

থম্বৌ— (রঞ্জিংকী ৫।০ হাপ্প ফুরিংথাও পায়হুন) সত্য ঐ হোরেল পুথোক্কে, ঙহাক্ত চংউসি— পৌবা মথাই অমমমদা।

রঞ্জিং— অনৌব ভমথংলকপ ছাত্র নংন শেল পুরক্কেদি হায়রগ, থাদোকউ ভাওশিন্নহু অভাংগী যন্ত্র মচা অমতং শাবিযু পিরকপ মীগী শেলনি হায়বনি।

থম্বৌ— রেঙ্গীমেদ ফুরিং ৫০ গী শেল পোযারীন হোরেল থীরনি ঐ হাঙ্গনগে হায়বনি গুরুদেবন সাক্ষী ওইনি।

র— সুংদাং সুংদাংদ চংসিকো হায়নরগ ঙসি অয়ুক পুং ৯ তাবদা নচিং হোরকইবসিবু কৈদোরবগে ?

থ— ঙরাংগী সুপীহু ঐডোন্দ মিংয়েং অম চুমদেনহায় মাগী পৈরপ য়েংবী মিংয়েং অহুন ঐগী থম্বোয়সিদ যুম্রে— মা উদন ঐবু সুংদাং ভাইবসি, বন্ধু, থর থজিক ব্বারেদা।

র— শেল য়াওদন ঙসি চংলবদি বন্ধুবু মান ঙসি স্নুকউ উরমমোইনে।

থম্বৌ— অওইরনে বন্ধু ? শেল য়াওদন চত্তুন ঐ য়েংনিংলক্লেদা।
হোরেল শিংগে লুপাম্ন কয়ানো ?

রঞ্জিৎ— ৫।।০ থক্লনি, পূব যাব শেল নত্তে।

(তম্ফাজাওন ছাতি অম তুপ, কৈজোম ফুরিং কবাক
কাবক নাম্ন শেংলতুন পরপ পরপ লাকপ উশিন্নদন চংখিব)

থ— লোংতুন কান্নরোই ভাইখো বন্ধু।

তম্ফা— হোরেল নুমিদাংরাই উন্নসি, ঐ দাকঘরদা অরুব থবক
অমত্তং হান্ন চংচক্লখিগে।

র— চংপিরু কনাস্নু থিংজদে, পাও ওইনম্ন অমত্তদি লগ্নী তেম্নব
তাবিখোভ।

ত— করি পাও'ননা ?

র— ঐখোয় অহুস্নু বাবু থবন পাই অম পায়দে Penniless নি
ককা হায়তুন অম্নতুদ বাদ য়াম্ন তৌরে হায়নে।

ত— কনান তম্নিবা ?

র— মখোয়গী Servant তুন অযুক তম্মরিব পাওনি।

থ— অমতু হাংবু কনানো ?

র— ভাইখো নং থঙপোৎ নত্তে বন্ধু। অতুগ Bar গী লাহু-
রেম্বীতুন থম্বৌ বাবুদা পৈনা যেংলকই, চুমখোকপ চংলু স
থরচ মহাক পুখোক্কে হুজিক্তি যাওদে, নুমিদাংরাইদি ফু-
রিংকি শেল পীরনি হায়রি।

থ— গুরুদেবন সাক্ষী ওইনি লুপা ৫ কাওবদি ভসি অযুক থরচ
তৌখিবদ ঐন মুংদাং শিংনি।

ত— মখোয় অনী হেক উবদ ঐন খজাই হরাওরিবসি করিগীনো

লৈ— নচা নিপাদ লুপা অতুক য়াম্ন অতুক থাজ্ন শিন্নখ্রিবজুবু পুক্লিংদ করিমতা চিংনবিত্রাও ?

চা— লাইয়েংব হায়বাসিদি হিদাক থাদব য়াদে. শেল থাদব য়াদে —ফনি ফংলোই চিংনবগীদমক লাইয়েংব তোকপ য়াদে, ঐগী ইচা অহল্লি। Nurse ওইরিবী মুপী,নথোয়'অমীন থবক ফত্ত-বদগী দাক্তর সাহেব ঐন রারীবনি। মুংশিব থডদব লাইনাথ নারিব নচানুপা নপুরোইববু লাইয়েংগে হায়রবদি মুংশিব হায়রিব হিদাকতু Injection তৌব তায়। পুকচেল ফাব ডমদব, লমচং লৈতব মীবু লাইয়েংগে হায়রবদি Nurse ওইরিবী নথোয়নি পুকচেল ফাব ডম্ব তায়, লমচং লৈব তায মহাক্লু লৌরকপ যানব— য়োংচাবীন য়োংচমদা তক্রুগ য়োংচাবী ওম্বগুম। নাখি নমৌ মুপীমচা থোকউ অনাবস ফহনসি পাম্মুই। চিংনগন্নু শোইদন ফগনি, য়েংব যাগনি। লমচং লৈবী মুপীগী মচান ওক্তব ডমত্রাও ? লমচং লৈবী মুপীগী মপুরোইবন ওক্তব ডমগত্রাও ?

লৈ— পাঠশালা তম্মিবৈ ইখুংতা লৈরিবৈডেদদি ফন ফরম্ব অন্তাংনি, হায়স্কুলদা কাচুন অন্তাং অনৌ ওত্রবসিদদি নিপাম্মচা মমা থোয়ন কমদৌন হেদ মিস্ট্রেস ওইরবনো থংত্রে।

মুপীমচা— পাঠশালা তম্মিবৈডেদদি চৈ কিবনিন রারকপ য়ায়. হায় স্কুলদদি লিচৈস্নু শিংজিন্নব য়াত্রবনিন লম হেন্ব অডাং রারকপ লাইদে। থংত্রে, সত্যাগ্রহ তৌগত্রা, হঙ্গরষ্ট্রাইক তৌগদ্রা ডসিদি শাওনিংবন——।

চা— শাওব য়াদে হেদ মিষ্ট্রেশন, ডরাং মুংদাংবু নিপাম্মচাগী মপা

High temperature লৈত্রা হাইহুন লৈদুন ঙাকপ্র ?
Delirium য়াওব্রা ?

মুপী— হরাং Temperature দি কন হায় ওই, চোইরোলকাদি লোন্নে।

চা— ঙসি অয়ুক্তি কমদোই ?

মুপী— থর থক্লগ চায়থাইরিব লিক্লী ময়ামনি।

(চাওভয় লিক্লী ময়ামগী মচায়থায়দ। মুর্ম study তৌহুন কোয়ন চত্তুন য়েংলগ, লিক্লী মনমকা নম্লগ হরাউন)

চা— লৈহাও। নচানিপাগী অনাবাস ফরনিহায়।

লৈ— ঙসি মথুংতা লেলমু কনয়াম্না য়াওখ্রে, ফবক্লনি।

চা— করেম্নমু মুপী, লিক্লীবু শাওহুন লংথাইরকইবসি অনাব ফননব থুত্তম অমনি।

লৈ— য়াম্ন য়াওদ্রে হায়হুন লংথাইব ওইরমগনিকো ?

চা— অনাব মমায় লৈরমদাইগী crisis নি মুপী। নখোয় Nurse না মক্তিক চান care লৌকো। তনগন্নু, ইচা মাংব য়াদে। কদায় ইশুমুপীগী temperature না কমদোরি ?

(পায়হুন য়েংব)

সরলা— বাজিগ ঐগ লাইনা তিম্নব্রনে ইবুবোক ?

চা— তিম্নদে, তিম্নদে। ইশুমীদি হিদাক অমনপান লৈরক্লগ মরাইন ফজনি।

## লিক্লী-লৈম

### ১/২

লম্বী, অযুক পুং ৯ তা'ব।

থম্বৌ দর্জ্জি থোংগ্রা'ও ফুরিং অমোংপ, রঞ্জিং শনা শাব মফি থর নাম্ন শেংলতুন য়ারী শাতুন চংলি। চন্দোলদি ভৌরোক ভৌর থিল্লি অমীমক।

থম্বৌ— (রঞ্জিংকী ৫।০ হাপ্প ফুরিংথাও পায়তুন) সত্য ঐ হোরেল পুথোকে, ঙহাক্ত চংউসি— পৌরা মথাই অমমমদা।

রঞ্জিং— অনৌব তমথংলকপ ছাত্র নংন শেল পুরকেদি হায়ত্রগ, থাদোকউ ভাওশিম্মদু অভাংবী যন্ত্র মচা অমতং শাবিযু পি-রকপ মীগী শেলনি হায়বনি।

থম্বৌ— রেকীমেদ ফুরিং ৫০ গী শেল পোবারীন হোরেল থীরনি ঐ হাঙ্গনগে হায়বনি গুরুদেবন সাক্ষী ওইনি।

র— মুংদাং মুংদাংদ' চংসিকো হায়নরগ ভসি অযুক পুং ৯ তাবদা নচিং হৌরকইবসিবু কৈদৌরবগে ?

থ— ঙরাংগী মুপীতু ঐভোন্দ মিংয়েং অম চুমদেনহায় মাগী পৈরপ য়েংবী মিংয়েং অতুন ঐগী থম্মোয়সিদ য়ুখ্রে— মা উদন ঐবু মুংদাং ভাইবসি, বন্ধু, থর থজিক য়ারেদা।

র— শেল য়াওদন ভসি চংলবদি বন্ধুবু মান ঙসি মুকউ উরম-মোইনে।

থম্বৌ— অওইরনে বন্ধু ? শেল য়াওদন চত্তুন ঐ য়েংনিংলক্লেদা।
হোরেল শিংগে লুপাছ কয়ানো ?

রঞ্জিৎ— ৫।।০ থক্তুনি, পূব য়াব শেল নত্তে।

(তম্ফাজাওন ছাতি অম তুপ. কৈজোম ফুরিৎ কবাক
কাবক নাম্ন শেৎলতুন পরপ পরপ লাকপ উশিন্নদন চৎখিব)

থ— লোৎতুন কান্নরোই ভাইথো বন্ধু।

তম্ফা— হোরেল মুমিদাংন্নাই উন্নসি, ঐ দাকঘরদা অক্রব থবক
অমত্তং হান্ন চৎচক্লখিগে।

র— চৎপিক্ল কনাস্তু থিংজদে, পাও ওইনম্ব অমত্তদি লম্বী তেন্নব
তাবিখোও।

ত— করি পাওনিনা ?

র— ঐগী থোান্ন অহুম্মু বাবু থরন পাই অম পায়দে Penniless নি
কক্ষ হায়তুন অমহুদ বাদ য়াম্ন তোরে হায়নে।

ত— কনান তান্বিবা ?

র— মথোয়গী Servant তুন অয়ুক তম্মরিব পাওনি।

থ— অমত্ন হান্নবু কনানো ?

র— ভাইথো নং থডপোৎ নত্তে বন্ধু। অহুগ Bar গী লাই-
ব্রেরীদুন থম্বৌ বাবুদা পৈনা য়েংলকই, চুমথোকপ চৎলুস
থবচ মহাক পুথোক্তে হুজিক্তি য়াওদে, মুমিদাংন্নাইদি ফু-
রিৎকি শেল পীরনি হায়রি।

থ— গুরুদেবন সাক্ষী ওইনি লুপা ৫ কাওবদি ভসি অয়ুক থরচ
তৌথিবদ ঐন মুংদাং শিংনি।

ত— ঐথোয় অনী হেক উবদ ঐন থজাই হরাওরিবসি করিগীনো।

কন ডকই ! হং ঐ মস্সাগী money order লুপা ৬০ থজং তৌরগে, হিদাকস্থু লুপীমচা নারিবীহুগী লৈগে লাকপনি। ঐবু ভসিদি মাপ তৌবিয়ু। (চংকে তৌবদ কায়)

বজিং— হৃজিক অয়ুক্তি money order থেংবু থেংগ্রনি মুংথিল পুং অমী ভায়দ তৌরগি। ঐখোয় মাংগ্রিব ইঙ্গংসি শেল ময়ামস্থু থিল্লন মমুক্তং কত্তৌ লেংউসিয়াও? ঐজোঙ্গ ৫॥০ য়াওবি, মিষ্টর থম্বৌগী হিসাবতা চাব, থকপ হোৱেন মান শিংব। থক্কুগী শেল ময়ামক্কুন মুমিংথাওদা থিংলবগীদমক শিখিৱব, পাই অয় ক্লায়থোক্কন ভহাক্তদি লেংশিল্লুসি বক্সু।

থ— মরুপ মপাং থর য়েংলসিদা বক্সু। হোৱেন মুংথিল তৌব য়াব পোংপু, হৃজিক্কি থেংসু থেংগ্রে ক্লুদ কাময়ে পুং ১০ তা-ররিনি— মনিওর্ডার তৌব য়াগব্রোই।

ত— অদোং অনাবগী হিদাকস্থু লৈপদব লৈ।

র— মাইবগী মগুনবু নাব হৌনব্রাও? হোৱেন হক্মকপদা লৈস্থু ভাইদনা, হিদাক্কে করিনে মখোয়হদ চংবদ য়াই ল্লিবনি।

ত— থঙদেনে ঐবো ! মরুপ মপাং-

থ— মরুপ মপাংগী মাই ভাক্লদব য়াব্রাও? ঐগী ভসিগী বার্তোফি য়াওবিব্রবদি মডুংদা কৌনরোইদবনি। (কাব)

র— লাকওদা পুং ১ কারোই। (চিংথুন পুথিব ২ ন)

(নিংজিং মাংজিংনন ভফা চংখি)

—————

# লিক্লী লৈম

## ১/৩

নোংয়'ইদা,—— অফাজাওব য়ু ঙাওরহন হাইরহুন নয়ুমদা হল্লকপা। মপান্দ লৈকেং তুরেং লেপ্লব অফান মথোঙ নৌন— "সুপীমচা, সুপীমচা! তারিত্রা— থোঙ হাংদোকউ নহায়।" হায়রহন কৌরকই।

ইমুংদা নিপামচান হিদান অমদা তুমই, সরলান কয়ুংক অনাব থাংহুন থরো থরো ওল্লি মমান লাইকয়রি। কৌ-রিবহু তান তান সুপীমচান শুকথুব থুমদে।

সরলা— ইমা, বাজি লাক্লে থোঙ হাংদোকউ।

সুপী— মংগী বাজি মত্তে, কনাগুম অঙাওবন ময়ুম ওইরবোই নিংহুন লায় কৌরব্রিবনি।

সর— ইমা, ঐবু বাজিগী মথোন থঙইদা। ঐগী হিদাক লৈরক-ইনি, থোঙ হাংদোকউরো।

সু— নংগী বাজি ওইরবদবু অয়ুকগী হিদাক লৈব চংথিবন অহিং নোংয়াই মতুংদা হল্লকপ হৌনত্রাও? নংগী বাজিদি লৈজত্রে, কৌররিবসিদি শাজিয়ব হিংচাব নত্রগ ভূত প্রেত ওইরগ য়াই।

মপান্দগী "সরলা, বাজিনি থোঙ হাংদোকউ।"

সর— ইমা ঐ হাঙদোকে। (হৌগৎকে তোব)

থ — নকোক ভাওনি হৌগৎকনু। ঐনা হায়ব থাজত্রবদি হাং-
দোকপিগে কনানো য়েংউ।

( থোঙ হাংদোকউব, তক্কাজাওন মথোঙ থর কারল
তুরল থাংহুন মচাগী মনাক্ত চংব, থৌন ভাওরবদগী থর করব,
তুরুবগী উফুল বাইফুল লৈথোম লৈনাং থরম্নু মশাদ তৈব
উই।)

ত— ভরাং ফার্ম্মাসীদ হকচাং শাগৎতুন নাব fever গী হিদাক
অমত্তা থোক্তে। হয়েং থুংলনি হায়— বাজিন শোইদন
সুকশোই শোইদন হয়েংদি ইচাগী হিদাক লৈবিরক্তনি।

( মশা পায়হুন য়েংব, মচাস্থুগীন মচিন খুম্ব ) থরদি
ফরেদনকো—— ময়াইন কজনি। সে হয়েং বিসকুইট লৈহুন
চানব (শিকি ১ পিব) নংগী। অহুগ ইবুঙো মচাগী পৈশা
৪, মাদি তুমগ্রত্রা? থৈদেন কাওব থমত্রিতৈন লাইরিক্তি
ওরাইদন তুম্মবোইরেসে। (মনাক্ত এক আনা থম্মগ নিপামচাদ)
তুম্মু, ইচাসিদি তুমগদবনি, থর থুডাইন লৈগদবনি—।
ডুনিয়া ক্যা হায়? থূরা ফুর্টিত্ত করনা চাহিয়ে।

(তুমিন্ন মচাগী মনাক্ত কবহুন থুগীমচান মত্তৌ য়েংই,
মপি ভরং ভরং চেম্মুন) ( থুগীমচাদা ) ঐবু য়ু ভাওরবোই
নিংত্রাও? Never think that ভাওরিবদি নংনি ভাইথো
হায়মু চিন্তা তৌহুন অবশোচ করকে ক্যা কৈদা হোতা?
থাও পিয়ো, নাচ— লাও অগোই শাসি— ইশৈ শকসি—
থুডাইভব সবকুস will fly away, (থুগীমচাগী মথুং পায়হুন
চিংলগ Ball dance তৌব তম, থুগীমচান "কৈকায় ভাও-

শিন্নরিবনো ? খিংতং ইম্বোকপদ তুব, তুরগ তপ্ন কমহুন

হৌগত্তুন শরুকপ—

ইশৈ

চেক্লা কোইপায় পাইরুবদ

পোত্বী হস্লিনকপদা ।

চেক্লাগী কায়লোন্নম কংজহুন

পোত্বী তেৎন্ন তারেনে

লাক্বী ইনেথচা, পাম্মুবী ।

মচা অনৌন কুক কুক হোলংতুন কমুংদ খোঙ্গাই চন্দুন

তাব, হেক সোইবদা খুবাক খুব ।

মনিহার— ইমা নং অমুক শকউ । শকউ হায়দি ।

কুপীমচা— কোইদ পাইব লম্প্রায়,

নপাম লমদম বৈহৌরে ;

মীয়া মৈশা লাংজনি,

পাংত্ত হন্দুন পাইথয়ো ।

নোংমাংখামুক থাজরে ।

(মচা অনৌন খুবাক খুব । সরলান মশা ওমদহুন

হিপথিব ।)

কুপী— অতাংগী লুপা ৬০, হায়বত্ন থাবিথুরবা ? কুপামচাদু হেদারু

কুয়ায় ? নিপাচ্চাগী তে কলম হায়তুন বৈদোরবা ? অমুক

পুং ৮ তানবদী লাকিবন নোংয়োই মতুং পোং তারমদাইদ

কইবসিবু তাওরিব হায়হবা কৈরিব হায়হবা ?

তম্ফা— অভাংগী শেল থাগ্রে ।

সুপী— দাকঘরদ থাখ্রিব্রা ? বার হোটেল অপোই শাবীদ থা-
খ্রিব্রা নত্রগ জুরারদ থাদোকখ্রিব্রাও ? অহল হন্নবাসিনা
ননাও লাইরিক তম্বব অতুক লুন পূরগ অতুক লাইন অতুক
সুংশিব থওদন মাংহন্ব অতুবু মীপী লীচংলাও ?

তম্ফা— ঐবু থাজৌ সুপী, শেল থাগ্রে ।

সর — ঐগী হিদাক্তি কদায় বাজি ?

ত— ওরাং হিদাক অক্ব থোক্তহুন লৈরক্কবনি, ওসি নোং ডাল্লগ
অক্ব হিদাক ফংনি হায় । অতুগ বাজিন লৈবিরকনি ।

মনি— অতুগ ঐগী মুক্তাবী কলমগ চেলদি বাজি ? মীনম্ব ভাংব
পাপনী হায়বদো ?

ত— লৈরক্রবনি হয়েং অযুক শোইদন পুরক্লনি, মরুপ অমদ থুন
য়োনব পিথিবান নওোন্দ পিরক্রিবোইরে ?

মনি— কৃষ্ণদাস কোব সনজেন্নহা অমন লোবুক্ত সন সেল্লি । কৈ
লাক্রে, কৈ লাক্রে হায়তুন মীনম্ব ভাংতুন কাপি তৌই ।

সুপী— অভাংশা য়েংজোই মীনম্ব ভাংব কৃষ্ণদাসক অম্নম লৈমিন্নহুন
কৈন চারব ভাইহৌপেরা ইমাগ কৈ লাকখ্রিডেদা চেলহো-
রাসরা ? অপান্থ থল্লু ঐদি ইপামদ চংলনি ।

(মপোৎ মচৈ থর, ফিরোল থর য়োম্বা)

মনি— কৈন চাদৌ শকক ঐদি ইমাগ চৎকনি ।

সর— ঐন্সু ইমাগী মতুং ইনগনি ।

মনি— লাকনু নতুংদ কৈ ইল্লকনি ।

সুপী— ভাওশিন্নহুন কান্নপোৎ নত্তে, ঐথোয় চংলনি, লৈমিন্নব

ভম্খোই। সুপীমচা নং মখোঙ্গ চৎপ ঙমগদ্রা অভাংদি পোরগে।

মনি— ইচে অনাবী পোবিয়ু ঐদি খোঙন চৎপ ঙমগনি।
(মচেহু পোয়)

তম্ফা— করিনো অহিং নোংমাইদ অতাং পুরহুন নপাম চত্তোরি-বসিবো? মরেং নোং ভাল্লগ রিকশোদ চৎলো চৎকে হায়রবসু। রিকশো ত্তোংমিংদ্রাও সুপীনবো?

সু— রিকশো ত্তোংনিংবী সুপীগ লৈমিয়হোরো, ঐখোয়দি খোংন চৎচরে।
(চৎপ হৌব মমামচা মখোয় মমাম ময়োম অমমম পুহুম)

ত— লম হেনগমু সুপী, নিপান হায়ব ইল্লু নমুম পানগে লাকইব নত্রাও? করিম্নো নপামদ চত্তোরিবো?

সু— মী ওইগদ্রা হায়হুন নহানমথৈ লৈজরকই, থাজরক্তে কৈ মাল্লক্কে কিজরে।

ত— খবরদার চৎপ য়াদে, চৎলবদি চৈ চাজনি থডউ। ঐগী হুকুম্নি চৎপ য়াদে হায়রিবসিনি। (চৈ থীব)

সু— হুকুম ইবী সুপীগী পার্টিত্তো ঐ ভসি, ভসি হায়হুবু হুজিক্তগী হায়দোকচরে।

ত— মরম চাদন ঐ থায়নবিংদে অতাং থম্মু টৈব তারে। শেরা, নিপা ঐবু কয়া উশিংখিজ্রবথো। (টৈগে ত্তৌব)
(হমুবী হমুব চংলক্তুন থায়ব, করিনো করিনো, অহিং নোংভাল্লমদাইদা হৌনরকইবা লাগ অহুবো)

ত্ত — দিসোল্লিন লৈতবী সুপীদি চৈন থাদকংবনি।

লৈ— নংদি জিসীপ্লিন লৈরেম্বা মী হাৎপ ওম্ব ভাকু। ঐথোয়ন অসাইমবৈ তারকইবসি মুপীসিংগী মরাম করিনো? মরম্মাই ওহাক শুত্তাইনবদ য়েংব, লৈখিম্নরিব অতৈগী বাখল তোমব চুংশিব খওদব চঙাল নংবু নিপানি হায়মহুন সেবা তোহুন কনা লৈরিদগে— নমাইত্ত ইকাইত্রাও নিপা অমনি হায়ব? নংবু মীরা শায়রাও? শানি হায়ব খওলবদি মুপী অসিন শাগ লৈমিন্নব ওম্মোই মপামদ চংচরগে হায়বদ করিগী শায়রংদ মীবু কাহুন খম্মি? অঙাং অমহু ঐ পোপে লাও চুজিকমক নপামদ থিম্বিগে লাও। মুপীবু মীনাইরাও? শা শন্নাও?

( মুপীমচাম স্মুং স্মুং কপ্প মপি তৈথোকপ, মকুবোক অমস্মুং মপুম্নোইব খুরুম্মগ মবোক্ক অঙাং অম পোখৎ, লাল-টেন পায়থংতুন চংমিন্নখিব। মপাম্মচা তুমিন তুমিন রা অমত্তা ওাংনদন ওহাক লৈহৌব। হন্নুবন মওশিং য়েংলগ মপি তরং তরং চেনব।)

লৈ— (লাপ্প লাওরকপ) ঐস্মু ইও অনীগী মতুং ইন্নে হল্লক্রম্নোই। নপা নচা লৈহৌ, থিবিরকমুকো।

চাও— নচা অনীসি মুংশিব খঙইত্রাও?

ভ— খঙই বাজি।

চা— নচাগী মমাবুদি মুংশিত্রাও?

ভ— করিগী মুংশিদদগে।

চা— নমাগ ঐগবুদি খিংডং কাওব মুংশিত্রবা?

ভ— ইমাবুদি পংমাম য়াম্ন মুংশিজে, বাজিবুদি কম য়াম্ন মুংশিরি।

চা— ঐথোয় ময়াম্ন খুংশিগে হায়রবদি নংগী নথল্লাই ওইরিব "লিক্লাড্ডু" থাদোকপ তাবি। নং ভসিম্নু থকউমানেনে?

ত— থউউই বাজি, পেম্নব থক্লে মতুংদ থক্লারাই।

চা— নংগী নচা মনিহারন বাজিদি মীনম্ন ভাংই হায়রি। অহলগী মতৌ অভাংন ভমগল্লি, নংগী মতৌন নচাবু ভমহল্লিংব্রা?

ত— ভমহল্লিংদে বাজি। মতুংদ থক্লরোই, মীনম্নসু ভাংলারোই।

চা— করম্ন থাজোগে? হৈনখ্রব পোৎপু পাক থাদোকপ অরাইব নত্তে।

ত— ময়াম্ন থাদব অমাডব পোৎ খু, জুরার অরানব থবক মমসুং লেশা অতৈ অতৈ গঞ্জা, কানী, নুপীনচিংবদ হৈনরবদি মীনম্ন কয়া ভাংব তারকই। মীনম্ন পোকক্কম ওইরিব লেশা ময়ামসি ঐ থাদোক চরনি ভসিদগী।

চা— লুপা ৬০ ননাওদ থাপ্রব্রা?

ত— (খুম্ন ভমদব ভহাক)

চ— মীনম্ন ভাংগম্নু, অচুম্ন হায়ব কিগম্ন।

ত— শেল— থাদ্রি।

চ— কদায়দ চংখ্রে? নভোন্দ থমগম্নু ঐ পায়গ।

ত— খু খর থক্লুরগ লেশা কাহ্নন জুরার শাম্নফমদ মীগ কলেজা তাম্নবদ থাদোকখ্রে।

চ— নচা অনাবগী হিদাক লৈনব থমসুং অভাং নিভাই চাওবগী চে কলম লৈনব পৈশাদি থাকহৌরিনি। পোৎ লৈরকপ উদে, অরেম্ন শেলহ্নু ঐভোন্দ পিম্নু। কদায়?

তস্কা— নেশা চারগ শান্নব জুরারসি মাংনগ রাম্ম মাংনিংভাই নৈ। কিব খভদে, নাইনব মুংশিরব অভাং মুগী করিমত নিংশিংদে। মীন নাকচবদ শাওনি তুন নোইন খাদোক্লম্মি। সিকি অমত্তং দাওনী হন্নকুন মুগীমচা সরনাদ পিগ্রে।

চা— নেশা কোক্লছুন কিব খভনত্রা, নৈত নাইন অভাংমুগী নিং-শিংনত্রা?

ত— নিংশিংডে।

চা— অচুম অশেংব কিভম কাওহম্ব নমথাক তোব নেশাছু নংগী মরুপ্পা য়েরুত্রা? চানন ভাওব ভশ্মোইদব নংন ভহাক ভাও শিম্নরুবগী অমাংব ময়ামছু নেশাগ্গী দোকাম ক্ষতিপুরন পিগত্রা নংন মাংজগত্রা?

ত— য়েরুবরু মরুপ্প খন্দুন তিম্নরুব ঐ। ইরাল ঐন চাজব তাই।

চা— অতুদ নংগী মুগী নচা অন্দী, নমা নংন নেশা চারগ শান্ন-রুব জুরারছুদ থা[illegible] [illegible] খভউ। খাইনবগী অরাব মৈচাক অতু কাকশ ভম্ব য়াক্ত হায়ন নান্ন খন্দুন নেশা অমুক চারগ অমুক শান্নরব, ঐগম্ভু ক্রাংনরগদবনি [illegible] খভউ। খাজত্রা? ন ঠৈজ

নংন নাইন মাংহল্লিব ঐন [illegible] ইরম, হান [illegible] নচং অসিগীদমক ঐরু শাওনদে[illegible] ত্রা? শাওনিংরমু হান্নরুবনি [illegible] হিং[illegible] মম ঐন [illegible] অম নিং[illegible] [illegible] য়ে[illegible] [illegible] ইন অস্তু [illegible] অমি খাংব [illegible], নংন নেশা [illegible] [illegible] [illegible]

থাংব ভমখ্রিব করিগীনোনে/ নংবু ঐগী ইচা অ'শংব নঙ্গনহায়
শেংন হায়ু। (থক থক মশা নিকপ)

তম্ফা— বাজি, সঙ্গী দোষতগী ঐ থৱ ওকউত্রে। মতুংদদি ঐ
থকচরবোই শাম্নজরবোই, ঐগী মফমশিংবুসু ওক্তব থবক
অসিদগী কয়ব লাক্করনি।

চাও— করম্ব পাম্বেগা ?

তম্ফা— ভসি ঐ অমুক্ত থজ্ঞখিগে।

চাও— ফরে, নংসু থল্লম্মু, ঐসু থল্লুখিগে থল্লগ থোক্তব, হোৎনরগ
ভমদব ভুনিয়াদ করি লৈগদগে ? নংবু মী নত্রাও ? (চংখিব)
ইমানিদা ভায়রবনিন ফোম্মু চাকথোং থৱ মরম ওক্তব
মাজ্রেদো ?

তম্ফা— মরম ওক্লনি বাজি।



## লিক্লী-লৈম

### ২/১

সীন অহুমক্ত,——মুংথিল পুং ৫।

থম্বৌ, রঞ্জিৎ অমস্যুং তস্ফা কুক্ষা মুংহুম শান ফম্মগ য়ারী শারী।

থম্বৌ— চানন থাইনথ্রবনে মুপী অঙাংবো ?

তস্ফা— বাজি ইমানি চত্তুন রা লোইথোক্লম্মে।

রঞ্জিৎ— করিগী লোইথোক্লম্বিবা ?

তস্ফা— ঐন কৌস্সু চাকথোং তৌরে, ইমাস্সু অঙাং অনীগী মতুং ইন্দুন মথোয়দ লৈখ্রে। ঐন য়াই তৈব লুথাক শেংব কৌ শুব উবদ বাজিন মুংশিরম্মানে মথোয়হু কোক্লসি হায়ছুন চংলুই। মথোয় ইকুবোক্তো য়ায় ফিংখ্রে— রা লোইথোক্লম্মু হায়বছুদ য়ানজ্রছুন লৈকায় চৌকিদার কৌহুন থাইনরম্মে, বাজিন ইমাদ চংসি হায়বু ইশু অনাবী থাদোকপ ভম্মোই চহি ২/৩ লৈহৌথিগে হায়বম ঐথোয় বাজিস্সু লিম্দা অমনিন নংস্সু থাইনরে হায়রম্মগ ইপা ইচা লাক্লবম্নি।

থম্বৌ— পাথ্রা ডাক্ত য়ুম পাম্বদি য়াদোরি, সেলুন পার্লহু পুসিম্নব তৌসিরা ?

তস্ফা— ঐঙোন্দ রম্ভাগী রা হৌদোকপিরম্মু।

রঞ্জিৎ— ঐথোয়বু ঙসি বার্ত্তোন তৌহুন পার্টি অম তৌনি হায়হুন কৌরিবসি করি করি আইটেম য়াওরিবগে ?

ভস্কা— পাথ্রান কৌব পার্টিনিন কয়া য়াম্ল ফজল্লগবনো অহোং অহোংব থর। হায়, boy ! Ready ওইজ্রিবাও ?

("Yes sir" খুম্মকই)

চাওভয় বেরাগী কিজেং শেংলহুন য়াংকোক অমদা চা-ভাং মহি অককপ থর empty wine Bottle দা হাপ্লগ গ্লাস থরগ ইশিং লিক্লী অমগ পুরকই, কবোক থোই হুম মচা ০/৮ য়াওরি)

চাও— (Serve তৌজ্রিদৈঙদ) Gentlemen, ঙসিগী Party সিদ হাবিদোরিব কাম্বিদোরিব পোংচৈশিংসি হাওখ্রে থুমখ্রে নেশা ফজন কাখ্রে হায়ন থম্বিযু for the good of your own health and for that of the country, চাজম কাম্বদ Whisky নি, Brandy নি Dry gin নি হায়ন থম্বিযু। কবোক থোইহুম্বু হাওখ্রব করি করিনি হায়ন থম্বীযু— This is the lot of all poor Indians লাইরব ভারত মচা মবুক্তি ফাব ওমদবশিংগী মরাইবক্কি। Eat, drink and be merry (য়েম্ব, অহুম্ল হরাউ হরাউ লিক্লীদ থর থরৈ হুমরগ লিক্লী ও থেংনহল্লগ)

চাও— Please drink to good health of your wives and children.

(থকপদ ককুন হাওতহুন সুগংনব, হমুবদ য়েংব, হমুবন

থরগ হৈজথিগে হায়তুন হৈব, কথোক চাহুম থাংব কাথিন্নু হায়তুন ইন্সিম্ন।

চাও— ওরুব থকপিরবদি ভাওব হৌবিরম্মো তাস পুজরক্লগে।

(অতুম্ন অভাওব থর শাহুন কাদ তৌমব কলেজা তৌনব ভহাক)

থধৌ— রস্তান ঐভোন্দ মুম্ন ষেংতুন লুন তৌরথদগী ট্রাউজর শেংগ কোট লিংগ কবি অফিসকী বাবুনে। অম হেক লাকপদ হুং নৈশিনথিতুন ঐবু কৈজোম শেংলি হায়তুন মী ওইনকা উদে হায় বন্ধু। হা হা হা হা ইশি শিনতুম নোক্লিংই হায়। ঐবু মান দর্জিনি হায়ব থওদেনে। মাগী কাচলা বাবুতুদি হায়-রুম্ন মীগী চাওরব অাফিসারশিংগী স্যুট তুবিব নিপামে। থোংগ্রাও কোট করি কান্নদগে— ইথুংন থোকপনে ঐথোয়ন তন্দুন শেক্তবনে। জগোইশাবী, মহাক ঐবু থওদব শাই।

রঞ্জিৎ— নত্তে নংগীতুদি লাইবু লাইরিনে বন্ধু। ঐন অহানব রস্ত গ থংনবসি মাগী ফ—জ—খ্র—ব সনা পরেং মান শিবদ পকথ্রব, মীপুম্নন মতু উবদ ইশ ইশ হায়নথ্রব অম শাথিম্নে। মতুদগী মান ঐবু মীশক অমনি হায়ন থওখ্রিবনে, ঐন হায়রিমথৈ মহাক ম্নাবিরনি থন্দুন ঐ মতেক অম মুংডাই-জরুরবনে, মতুবুনে বন্ধু. ইথুং হৈথ্রব ঐভোন্দৈ, মাগী বাবুবুহু নোট অমনব থর শনাগী মমলনে হায়তুন পীরব নিপাতুবুন হেম্ন লুম তৌখ্রেনহায়। মসিদগী হেম্ন ভকপসি ঐ ছুনিয়াদ উত্রি হায। লাকলকই থংদে হুরাম্নকপনি থংদে, চেজেংকুম্ন নোট থর পাম্নব মীবুন লুন তৌব, ফজথ্রব লিক শাব হৈব

ঐবুন থোক লংথেক্লুন মী ওইন উদবনিবু মীগী মচংলাও?

তম্ফা— মাগী নিপাগী ফুরিং তুবিব, মাগী মতম্মী লিক শাবিবদি লাইবু লাইখ্রিনে। থোকউ হায়রব থোকপ য়ারিব ফজখ্রব লুপা ময়েক ছুম্ফু তম্রা নহান মশুংলাংগী লোইখ্রিবহ্নিদো। মহুগী কন মহাক্লগ্ন য়াবিদে ইযুমগী মুপী অঙাং ইমা বাজিগী মরল সব থাইনরবনিদো। বন্ধুখোইবু নেশা, জুয়ার, মুপীগী মশুদ অসুম মওথিখিব্রা ঐদি তোকে হায়রুন য়াগকখ্রে।

থম্বৌ— বন্ধুখাইন তোক্লরবদি ইথন্দ ঙাওরবদি ফাগি তাবোইব্রাও ঐস্মু তোকস্মু ঙাই কৈনো— মাবু কয়া হাওপোংনো। মহাক্ল ঙাওসি হায়রবগী ওহাক ঙাওক্লব হায়রুনি।

যজিংং— হৈনখ্রবসি পাক হেক তোকপদি মুওাইতবনি, বন্ধুখোইগী father গী Suggestion সি কন ফজরি। মুপী অঙাংগী মশা কনব থকপ হায়ব Toast মরাওদো অছুগ থকপন চাজম অফকপ চিনি য়াওদব রম মচু। হাওব্রবস্মু মুপী অঙাংগী মশা কপংনব শেলদি মাংব্রেদমা, যু ওহাক ঙাওবহুদি ঙাও-জনিংব ঐথোয়ন ঙাওশিন্নজরগ লোইরে, জ্ঞান তান ঙাও-রবানিন মীঙোন্দ কায়ক্লবস্মু লৈতে।

থম্বৌ— ফজখ্রব Suggestion নি ঐস্মু য়ানিংই। ওসাই মথক্লুদ এক আনা এক আনা থায়নরগ মুক্তিগী মুমিদাংবাই বন্ধু খোয়গী রাইশংব যুযসিদ থক্লগ ঙাওশিন্নসিনে।

(চাওভন তাস অম পায়হুন পেগ্রেক পেগ্রেক কাপ্তুন চংলকই—)

চাও— কলাস শায়বিয়ু, অরৈ অরৈব থানবিয়ু। শেল লোকপ

নিপান মতিক চান হল্লাউবিয়ু । ভাবন জুল্লারগী মুঙাইব অমস্থুং অবাব চান্নব feel তৌবিয়ু মুঙাইবিয়ু ফাগি নত্তে, থল্লাই শোক্ল, থল্লাই য়াওন তাস লৌরগ অহুম্ন শারব ফলাস ।
তম্ফান তোৎতুন চে অহুম অহুম য়েম্ব থম্বৌন দাইকোক ।

তম্ফ'— চিল্ল অরৈ অৱৈব চৎনবিয়ু ।

থম্বো— লুজিক্তগী কাং ফাওবদ ফুরিৎ Ready made তুবদ ফং-গদব লুপা ১৫০ রোমনি লোইন থারে ।

চ'— কাং ফাওবগী চানব অমস্থুং অঙাংবুবীগী মফি মরোল লৈনব লুপা ৬০/৭০ দ্দি থাকউ হয়েং কুম্মৈ পাম্থাদা ঙাওহুন চৎকনি জয় জগনাথ, খেচ্রী, খুবাক ইশৈ মুপী অঙাংদি য়াওদব য়ারোই ।

থ— ক রে, ৫০ অমত্ত হান্ন চৎচখিগে ।

র— কাং ফাওব থবক শুবদ শনা হুরাম্বগী থাদন অশামল্ল ১৫০ ২০০ রোম ফংগদব লৈ, ৫০ অম চৎচরে ।

ত— ঐগী ফিরোল শোৎচৈ ফমুং কাংথোল য়োল্লগ ১০০ মুক শিংকনি ৫০ চৎলে ।

চা— কাম্নরোই ওফ তৌ, নংগী শেলন লৈব পোৎ অমত্ত লৈত্রে । মীগী মরল থাগনু— ।

ত— বাজিস্থু য়েংবিরো— চে চাওই চৎপ য়াইনে অমুক ২ রক্তে ।

চা— চে কন চাওরবস্থু নংন শোইদন চাগনি হায়ব নত্তবনিন মীগী মরল হুরান্দুন জুল্লার শাম্নগনু মী ওইন হিংহুন লৈব মুঙাই-রোই । মাংহুন খুদম লৈরিব নংদি দাওনী ঙাইয়ু— ওক তৌ । চে য়েংওই— ঐ চৎনিংলকপ য়াই ।

ত ওক তৌজরে, চেদি ঐন ইচা চারমগনি একা ফলাসনি সাহেব ইল্লি। য়েংউকো।

থ— ৫০ অমত্তং চৎখিগে।

র— ৫০ ন শো তৌজরে।

থ— বিবি ফলাসনি।

র— ঐন চাই সাহেব ফসাসনি।

থ— ইহে, ১০০ মাংলেদনা অঙাংন কপ্প তাব ওম্মোইদোরি। কম-দৌনি থবক শূনিংদ্রে। শেন্মাং কুপথৎনব শূব থবক অসিদি তনখ্রেদা।

র— তল্লগ অরৈবমথৈ পুহুন শাম্রখোনে হঞ্জিন্নরুবা।

চা— হেন্ন হেন্ন মাংশ্রবদি। নৈদব যাদব চাদব য়াদব শেল, মীয়া তাগদব শেলন লাইবক য়েংলবদি মীগী মকোক পাদ্রে শা—ওম্ব—তাই।

ত— ঐগী দশা ফংলোনে দিয়ার থম্বৌ, কাংদ মফি মরোল থোন-বিদ্রবদ মুপী অঙাংন নংবু সেবা তৌবদ মতিক চাব মুপা ওইরিব্রাও?

থ— মুপী অঙাংগী শোক্কব মীগী শোক্কব ঐগী শক্তেন থম্ব থুনা য়ামথৎনব লাইবক য়েংবগী অধিকার ঐগী নৈ, অহুদগী তেন্ন-বদি নৈবাক মচাতাব মাংই। শাম্রব হোৎবদি মরেং মরেং চত্তুন কু হেন্ন থানিংতকই। শাম্রবীদ থক্লগ শাম্রবন য়াম্ন হেন্ন মাংনিংতাই নৈ।

র— দাওনী ৫/৫ মী অহুমদ ১৫ চৎগ্রে। Saloou দা চংতুন ৩০/৪০ থক্তোকক্টরে, বাদোক্কন ৩০/৪০ থাদোকক্টরে। ১০০

থক্ত লৌবনি, লুপা ৫/৬ লেমহইবহ্ন ঙা চাবা অম চারে ।

চা— মাংলদ্ব থোক্লবদি ভক্ষাজ্ঞাওগী, থম্বোগী দশা । মতুগী মহুত্তা য়ু থর ঙাওব মতেক অম পোংব ঙা চারা অম চাব মতিক চাত্রাও ? ওসি হুমিৎ চুগ্ন থন্দুন য়েংউ— জুরার শাম্নবসি লৌরগ কয়া য়াম্ন মাংব । জ্ঞান তাম্ন যু ঙাওদন শাম্নবদহু অস্তুক ওইজবগী chance য়াংপদ যু ঙাওরগ শাম্নববদি কয়া ওইজদে থন্দুন য়েংউ ।

থম্বো— বন্ধুগী অঙাংগু নাই হায়্ন, মমা মচাহুবু কৌবিরুব য়া- খোইত্রাও ?

চা— চানন থাইনরে কৌরুবকা য়ানি থাজদে । নার য়েক্ল ফাওব হংবিমগু হাত্নহোই ।

র— চৎতুন য়েংউসি, অনাব হংব শারতুন ।

ত— চৎতি চৎনিংই হায়ববু মথোয় চংগদবহু কিখ্রেদা ।

চা— অহুক পাংদনব কৈদৌন থকউরি ? করিগী শাম্নরুই ? মু থরুগ থোনা ফলংলি হায়নবদায় কৈদোরে ?

থ— ঐথোয় য়াওন চৎসি কারগী কিরুমগে ।

ত— অঙাং অনাবহু অমুক্তংদি হংউবন চুমই, হিদাক থর লৈরগ । নহানগী শেল বক্সুন হঞ্জিনাবগদবহু ?

থ— ঐ য়াওরি, লেংলস ।

চা— হুংদাংগী চাকথোকব শলেব লাকদবনিকো নঙন হল্লকপদ ইথোয় তাকব ঙা পৈশা ৪ লৈরকউ । (কায়নব)

---

# লিক্লী-লৈম

## ২/২

লম্বী,———মুংদাং পুং ৭৷৷০ তাবদা

মরুপ ও রারী শাহুন হল্লকপা।

রঞ্জিং— নথোয় নকুবোক্তু সত্য য়ৈনিংখ্রেদা।

থম্বৌ— অচুম্ব হায়বু করিগী য়ৈনিংউদগে?

রঞ্জিং— হিদাক থনম্মগ পরপ পরপ লেংখ্রো রারোম্ম ইবুংঙো, সিবু শাওনিংব্রাও।

থম্বৌ— লৈশারিবৈ কোয়বদ অম্মুম্ম হায়ব্রনে?

ভম্ফা— হায়পোৎ নত্তে। ঐগী ইরাল ডাক্তনি মীঙোন্দ শাওরু ম্মাপোৎ নত্তে। শাওগদব মরুম অমত্তংদি লৈ। (রস্তান কেন কবো হুপী শারহুম কবো ছাটিন তুম্মহুম Torch অম পায়রগ থুনিং রাংবী থোংউপ অম ভোংলগ লাকপ উবদ) মসিদ তাইনব তারে, চিংলসি বন্ধু।

থম্বৌ— শান্তি বন্ধু, শান্তি।

রঞ্জিৎ— ঐথোয় ইবেম্মবু কদোমদ লেংবিরুরিবনো?

রস্তা— কনানো শকপু থডদেনে। (লৈথোক্তুন মী ভাইখিব)

ভম্ফা— ঐবুম্ম থগুবিব্রাও? (মনাক্ত চংহুন)

রস্তা— কনানো করি অফিষ্টা থবক তৌবিব ওইরবনো?

ভম্ফা— মতুং লাংগী মুৎলব, য়ু ডাওরুহুন শেল শাম্মুব থডদন নহান থক্তোকমিংরে থাদোকমিম্মরে অহুগ ঐবু থগুবিদবা?

রম্ভা— শেল লৌখিব পায়রিব মী ওইরবদি থওবম্থ য়াই, পায়ত্রব মুংলব মীবু থওউত্নুন করি কাম্ভিবগে। ফুরিংথাওদ লুপা কয়া য়াওরিবগে ?

তম্ফা— ঐগী ফুরিংথাওদ য়াওরিব হাযবু ছুমী অসিনি।

(লৌথোক্লুন উংপ)

রম্ভা— হৈমা। করিব্রি হায়বগে।

তম্ফা— ( মথুদাং পায়রগ ) চেল্লসি হায়ত্রা ? নঙংলাংগী য়ুম কায়রে হৈজং মাংলে, হকচাংন T. B. Suspeot... ---, ঐ লেম্ম শিনিংদে রম্ভা। (মরুপ অনীন মী য়েংব)

রম্ভা— বিল্বমঙ্গল ঠাকুর ! থৈদেন ময়ানি, ভাওশিন্নম্থ চোপ তোক-কনি। নরল লৈত্রব নংন ঐবু লৌরগ করি কায়দোরিবনো ? ঐদি শেঙ্গাবীনে মীমুংশিনে— থিত্রিবাও ?

তম্ফা— চিন্তামণি নোংমত ওইরবম্থ নংবু লৌরগ ঐ কাদোক ভাজথ্রগে থল্লে, ঐ য়ুমদ লৈব য়ায় মুগাইত্রে। চৎসি লাকও। (থর চিংব হৌব)

রম্ভা— ভাইথো. ঐ মী লোইনরকই, পংগম্থ মীন কুপৈ ওইং য়েংখিনবনি। ঐথোয় বাবুদা হায়বিগে নংগী থবক তলব লুপা ৬০/৭০ চাব অম হাপহনগে ঐবু কৈকান্দগে অপংব, থকপ তোক্লো।

তম্ফা— নংগী মুপা হায়ববু কনানোনে ? (থাদোকপ)

রম্ভ— Excise Superintendent সাহেব ঐগী খুদোম্বী লেম্বে। থৈদেন্দ ঐন চানব ঙা লৈহৌরি। ঐ ভাংনবিগে য়েংউ থকপ খীরব মী অম মান খীরি।

(সাহেবনে, চাপ্রাসি মজারু বেল পাইনা অমনে লাকপা)

রম্ভা— (মিয়াং সাহেব উরবদা) নিপাশ্মকা নং লাইরিকপু কজিক্লাস কাওব তমজহৌবগেনে?

তম্ফা— ইনে, ঐ ক্লাস টেন কাওব তমজহৌই।

সাহেব— কনাগ য়ায়ী তৌরে, কবি হায়রে?

রম্ভা— ঐগী ইমা নিপানে ক্লাস টেন কাওব তমজহৌরে, বাবু অমা হাপকনি হায়বদো মান মতিক চানি মজোম্ম হাম্মিরো।

সাহেব— নং মু থকপ্রা? য়াম্ম থকপ্রা?

তম্ফা— য়াম্ম থক্লম্মী, থক্তে হুজুর থীরে।

সা— করিগী থক্তে?

তম্ফা— T. B. থুংদোরে কক্তে হায়দুন তোক্লে, মু থকপদগী মুগী, ইচা, ইমা লোইন থাইনরে হুজুর।

সা— মু থকপ ফক্তে হায়দুন Propoganda তোব হৈব মী থব ঐ পাম্মে। লুপা ৬০ গুম থাজ তমব কংগনি। নং হয়েং অয়ুক ননেগী য়ুমদ লাকও থংলব্রা?

রম্ভা—ঐগী য়ুমদ হয়েং লাকওকো, নিপাম্মচা, লমীদ কৈরেং য়ুরেং লৈথোক্লম্মু, নয়ুমদ চংলো, ইবুডো মরম ওকপ।

(মথুং শয়হুন মেম সাহেব চংথিব)

সা— মরম ওকপ অচাং ওইগনিকো।

রম্ভা— ঐগী ইয়ানবু মরম ওক্কব হৌনব্রনে সাহেব।

(অহুম য়ায়ী শাথিব)

কথিং— মখি কাইও ইয়াব Plan ঈ থোরকপ সাহেব ওইরমগনে।

তম্ফা— Excise Superintendent নি, [illegible]।

থম্বৌ— ওটনিংব ওইজসমু নং মাম হাজুরন পিদোরিব থবকসি নিংথিন তৌরো বন্ধু।

রঞ্জিৎ— নংন Excise গী বাবু ওইরবদি বন্ধু, কাম্ননিডাই মরম থরদি লৈ হায়।

থম্বৌ— ফারকপমথৈ বন্ধু থক্কেরাও?

রঞ্জিৎ— থক্লিংজ্রবদি থকত্ত হায়ব মশিমি।

তম্ফা— মখোয়গী Excise গী থবকসি জাং অমমি। China গী দাক্তরগুম্ন জাংনি, মী য়াম্ন নায়গ দাক্তর শেল থিংত্ত ফংব; মী নাত্রগ দাক্তর শেল য়াম্ন ফংব। নেশা চাব মী মশীং হেনগংলগ সরকারন খাজনা য়াম্ন ফংই হায়ত্থন হরাও-গদব নত্তে, ওফিসারশিংদ শাওগদোরিব, নেশা চাব মী মশীং হম্বরগ খাজনা য়াম্ন কাত্রবম্নু officer শিংবু মনা পিদোরিবজাংনি।

থম্বৌ— অহনদি থাইনগী চৌংহি চমু কোক্ত পুরগ লুজব য়াদব, মৈফু পুরগ তিকপ[illegible]য়াদব হায়ত্থদ ভারেনে।

রঞ্জিৎ— বন্ধুগী মুপীত্থ হন্দকী বাবুগী থবক অসি হেক তৌবগ পোষাক শেত্তুন চংলগ চংউসিকো মপা ইকুবোক্ত ওথোম্ন মুংশথিত্রে।

থম্বৌ— কৈকাম্নবনো লৈশাবী অম লোংহৌ, চাক্কোবগী চাক চরা অমত্তম্নু চাহৌনিদনা (চংথিব)

---

## ২/৩

তম্ফাজাওগী য়ুমদ লুহোংব মুমিংকুম গ্রামফোন Reoord loudspeaker পান্দুনা খোংই। মতম মুংথিল পুং ৫ তারে। চাওবা, থম্বৌ অমসুং য়ঙ্গিংনা ইরাং লাংহুম কোইচেন চেল্লি— Party দা পীজনব পোৎচৈ লৈকরি, শেমই, চা ফুংকৎলি, লৈহাওসু মগু অনীগ লাকুন কা হৈ শেমই। মথল মথা অরাম্ব Item variety show উংনব শেম শাব য়াওরি। ফুম্মৈ য়েংব লাকদোরিব চাবদোরিব মীশিংগী ফম্নব, পিজনব, হোংনরি।

মনিহার অমসুং সরলান মপামদ লাকপদ হয়াউহুন্না চেল্লি, তানরি। মচি অমদন হম্বুব [illegible] য়ারী শারী।

চাওবা— অঙাং মমাবু লাকওই হায়রাও?

লৈহাও— কনানো অমনা ওসি লৈশাবী অম লুহোংদোরে এন্নাইদা বাবুনি হায়রব তাবদ করিনো মান যুমদ চংনিংবন ফন ফন চোংবনিনে। অঙাং অনী মফি মরোল হেক শেংকংপী, মহাক্সু মমাইদু পাউদরন থোয়্রে, মশম হাংথিবসিন ——...করিনো

চা— অদুবু য়ুমদ লাকত্রিবু কদায়দ লৈহৌরগে হায়মী?

লৈ— য়ুম য়োরমদাইদদি ইকাইরে হায়দুনা তোম্বীমচা থোইদ নাইথদুনা লৈহৌরিবা।

চাও— অতুদি কৌবিরুদন কুমৈ য়েংজনব ।

লৈ— নিপাম্মচাবু কোইন্নিংইয়ে মাম মপুক্লিংদা ।

চা— এস্নাইজ সব-ইন্সপেক্টর ওইরব বাবুসিন মাবু লৈশাবীনি হায়ন কৌরুগদ্রাও ?

লৈ— ইনি-ইযৌন ব্রারক্লন মরম ওকচখ্রিব বাবু কাজখ্রিব নত্রাও ?

চা— নখোয়নীন কাংথ থাং'ন হায়তুন হুক্সেক্সুন চংখ্রব নত্রাও ? ঐন য়াথিনি করকথিনি হায়রুন শেমগৎচব নত্রাও ? মংন কৌগে কোজরকউ ঐখোয়গী সব-ইন্সপেক্টর বাবুদি থবক চিংল্লি কৌবকা শংদে। হুঁ চুমত্রে ইচাগী মরূপ চাওর চাওরব বাবু বাবুনি কুমৈ য়েংব লাক'ন । নংসু ভাবোক ওইন লাক্লগ ক্ষিদাদ লেংশিল্লু— ঐদি ইচাগী কুমৈনিন থর লাবে ভারি...... (চৎখিব কোইরাও লাওতুন— কোইভাং ভাংতুন)

লৈ— ইবুঙোখোয়, ওসিগী কুমৈসিবু করিগী কুমৈনো ?

নিপা ১— ইন্দোনখোয় য়ম্ফুন খংবিত্রাও লুহোংলোরিবনে ।

লৈ— করি লমদগী মুপীনিনা ?

নি ১— মুপীদি ঐখোয়সু খংদে ।

(লৈহাও পরপ পরপ চৎখিব)

এস্নাই সব-ইন্সপেক্টরগী পোষাক শেৎতুন চৈ মচা অম পাইরতুন অনোক অম হাপ্পগ মচা অনীগ য়ারী শাতুন তস্ফাজাও বাবু পোংতুন থোরকই।

তস্ফা— ঐগী য়ুমদ লৈনিংত্রে চংখ্রব নখোইবু কৈদোন লাক-পিরিবনো ?

মনিহার— নং লুহোংবগী কবোক চাগে লাকইবনি ।

তম্ফা— নংগী শরুক কবোক লৈবিগে চংলোম্বনা ?

সরলা— বাজি, মুপীবু করি লমদগীনো ?

তম্ফা— হায় বাজি, হায়রু পাবুং হায়ু।

সর— হোংদোরিব মুপীবু লৈশাবীরা মৌরাও ?

ত— মৌনহানি।

মনি— ঐখোয় ইমাগ কনান ফজে অহুদে ?

ত— নমাবু কয়ায়দ লৈহৌরগে— ? নমাগী মথকপু লাওরেনে।

মনি— বাজি নংবু মীনম ভাংব তোকত্রিরাও?

ত— নখোই অনীবু কনাগ লাকমিন্নবগে ?

সর— অবোকা লাকমিরে।

তম্ফা— মমিহায় নমাদি কৈদোহৌই ? অচুম হায়ু।

মনি— ইমাসু লাকমিরে।

ত— অহুদি কদাই লৈহৌই ?

মনি— মথাথংবগী ইমুংসদ ইকাই হায়তুন লৈহৌই।

ত - ইকাইববদি তোকচরে মহাক, ঐদি মুমী ১ পা লুহোংলমনি।

সর— ইমা কৌরুগে, লুহোংব তোকেরা ?

ত— Yes, রেমা লৈতে। চাকথোং কৌওবিনব লৈতে হায়বগী থরিম্বনি।

মনি— বস, অহুদি কৌরুগে। (মখোয় অনী মরা কৌখিব)

Excise Superintendent, রম্ভা, খম্বৌ, বজ্রিংব-

চিংব অরুপ মপাং, বাবু ময়াম লাকপ তম্ফাজাওন অতুন কমহেম... চানচিংব লাজিব অহুদগী Variety show...... ।

ইচৌ, অখোই মান মান হৈব মথেক খন উবরে।

কুম্মৈ লোইহুন ময়াম চংনখ্রগ তম্ফাজাও মথন্দ কমহুন মিংশেল য়েংহুন লৈরি। পুং ১২ তারে মুমিদাংগী, কেয়বী মুপীমচান মো অনৌবী শাহুন ফিরুক থুমহুন তপ্প লাক্রগ……—…।

মুপী— কুম্মৈ লোইরবনিন ঐথোয়ম্ন চংপ য়ামেনে। হৈমা। মু-হোংবগী মুপী হায়হুদি নোংমাই য়োরকাওব থিল্লকত্রিবাও ?

ত— (তাম্নহুন কারগ) মুপী, মো অনৌবী হায়বু নংনি।

(ফিরুক হায়দোকপ)

মু— করিনো ওসিগী পার্টিহু লিক্লীদগী মহীদি ইশি শিজিন্নদেনা কয়িগীনো ?

ত— নং লিক্লীগী মহুৎনি। ইশৈ মুংশিথ্রব অম শকউ, জগোই ফজথ্রব অম শাও।

মু— ইশৈ জগোই হৈবী পাম্মগা আসাইহু অম কাহৌনি। ঐদি হৈজদেয়ে।

ত— হৈতব য়াদে, হৈদোপোংনি, ইশৈ শকওই মী তাথিনি হায়রগ জগোই মতেক অম শাও।

মু— অম্নক থেংলগ জগোই শাও হায়রিবসিবু চাওবদি পুক্ষং কত্রিবজাংনিলে। থর থকউদন জগোই য়েংগে হায়রবদি ?

ত ঐ থকত্রে, ওক্তব মীন য়েংনব জগোই শাও।

জগোই অম শারব তুংদ, তম্ফান লুপা ১০ চংগী অম থাবগ মচা অনী চংলক্কুন হকাম য়া য়া চল্লগ তুম্নিংডে তুম্মসি হৌরব।

মনি— ঐদি ওসিদি বাজিগ তুমগনি। ইবুবোকা তুম ওম্মোই, নাথোকপ ফিজে।

সর— ঐসু অবোক। তুম্মোই, ইমাগ তুমগনি।

মনি— বাজি, তুম্নিংঙে তুম্মুরসে।

(চিংতুন পুখিব মপাবু)

সর— ইমা ম্নাহৌ থেংব তারে চংসি তুম্মুরসি।

( পুখিব মমাবু )

( তোঙান তোঙান চংনখিব, অহল অনীম হন্ন য়েংনব)

## লিক্লা-লৈম

### ৩/১

তম্ফা এক্সাইজ পুলিশকি হাভিলদার ওইন চৈ মচা অম পায়রুন মচানুপী সরলা অমসুং মচানুপা মনিহার পুহুন লাকই ।

সরলা— শেল য়াম্ন লৈবসি নুঙাইব জাৎনিকো বাজি ?

তম্ফা— নুংঙাই লৈনিংব পোৎ য়াম্ন লৈব ওন্নি । মনিহার নং শেল লৈনব লাইরিক কয় তম্লিংগ্রাও ?

মনি— তম্লিংই বাজি । নহানরাই ঐথোয় বাজিন থবক কাপ্তি-ভৈদ চাক পুক থন্ন য়েঙ্গাং হাওন চাব ফংলমদে, হুজিক্তি শাম্নপোৎ ফাওব য়াম্ন লৈরে । বাজি নং লাইরিক কয় তমহুন শেল লৈরিব্রা ?

ত — মনি ঐস্থু লাইরিক কয় তম্মকই । নচেস্থু তম্নি, নংস্থু কয় তম্মু ।

সর— ঐন মনিহারদগী লাইরিক কব হেম্বনিন ঐগীদি বাজি শাম-তুগী সুইটর, নাইলোনগী ফুরিৎ লৈবিয়ু ।

মানি— ঐগীদি বাজি থোংগ্রাও ফুরিৎ অরাইবনি, শাম্নপোৎ য়াম্ন লৈবিয়ু । নহানরাই বাজিন লাইরিক ওরাইদবগী শেল থোকহুন শেগাইব থোংগ্রাও শেৎলন্নি । কজব শেংত্রবমু শেগাইত্রগ লোইরে ঐগীদি ।

সরলা— গঞ্জা য়ু কাবগী থবক তৌবসিদি শেল য়াম্ন কংইকো ?
তোম্বীখোয় মপাদি কুলগী এবা ওইবনিন শেল ইকং কংদে।

মনিহার— বাজিন শেল য়াম্ন কংইবহুদি লাইরিক কন্ন তম্বগীনে।
তোম্বীখোয় মপাদি লাইরিকসু কন্ন তমদে, অঙাং ঙৈবদনি
লাইরিক তম্বিবদা। অঙাংনে কপ্নগ শেল কংব হৌনব্রাও ?
নত্রা বাজি ?

অরাম্বদে থম্বৌন কোয়কই :

থম্বৌ— ওঃ হোলদার সাহেব, য়া অমত তাম্নথিসে।

তম্ফা— ঙাইথো, নথোয়নী য়ুমদ হল্লো, নথোয়গী পোং পুন্নমক
বাজিন হল্লপকদ লৈবিরক্লগে।

সর— কৈদোরে বাজি ?

তম্ফা— শেল কংনবদা থর মীগ ঙাংনদব য়াদ্রে।

মনি— বাজি শেল য়াম কংনব লাইরিক কন্ন ওরাইয়ুকো। ঐগীদি
হৌরা কার ১, নোংমৈ ১— প্লেন অমগ লৈবিরকউ।

ত— শোইদন লৈরকনি।

মনি— মীনষ্ট ঙাংব পাপনিকো বাজি।

সর— বাজি ঐগীদি শানতুগী সুইটর অমগ নাইলোন ফুরিৎ ১ গা।
নিপাম্মচাশিংদি অরাংব সুইটর কজ ফজরব য়াম্ন লিংনরকই।
মুম্ন থল্লগ লৈবিরকউ।

মনি— নং মুপীনবু নিপাম্মচাগী ফুরিৎ লিংগ্রাও ?

সর— ভুমিম্ন লৈয়ু, নংন থঙপোং নত্তে।

ত— হনমিম্নখ্রো অঙাংবু মাং থাহন্নু।

(মচিন মোপ, হনমিম্নথি)

(থম্বৌ অমস্তুং শরৎ হিসাব বহি অম পায়দুনা লাকই, অহুমদু মুকম মুকম ওয়াকে ময়েক থওদনা য়াবী শাই)

শরৎ— শেল ওল্লোক্র চিনংলৈ স্যাহেব, ঐখোয় অঙ্গমগী কারবারসি শেল্লেপ থর চাওনা পায়রবরুদি কায়নি হায়রব থওভি, অহুবু লুপা ২০০/৩০০ দদি য়েন্নখোক্তব য়াদ্রে।

তম্ফা— য়েন্নব য়াব শেন্দোংবু করা য়াম্ন লৈরিবগে?

থম্বৌ— (বহি উহল্লগ) লুপা ৯০০ থর হেন্ন লৈয়ে জুয়ার লিঙ্খৎপ হায়রবসিনদি শেল থরস্থু বিনা মালদ পুখোক্তব য়াদেদো মীভা য়েংহুনা। লুপা ৫০০ য়োম শেঙ্গংদ থাথিব য়াওরি।

ত— মহুদ তৌরমু হায়রগ থম্বৌ ভায়া নংদি ভাব ওল্লোক্র তাখিজে। মী অকব হায়বসি জুয়ার শান্নব য়াওথ্রবদ লৈব হৌনব্রাও? ওসি ময়ুমদৈ থোওকুপ খোংগ্রাও গাডী গ্যাও গ্যাও লাওনা খোয়কপ নিপাহু ময়ুমদ হনথিবদ মঙ্গুমদৈ কায়কপ শকফমদ হন্নরিবদ মী অকব লৈরিব্রাও?

থ— দাও-মী শুদবদৈ শুনব মখোড হাপচিন্নদ ৫০০ দি মী ৫/৬ তা হেক্ক তোনথিদা।

ভ— কান্নয়োই ভায়া শরৎ নং জুয়ারগী মেনেজরসি নহাক অমুক থা অম পায়রো। নংগী লিক্লীগী কারবারহু ভায়া থম্বৌদ শিন্নরো।

শরৎ— ঐগীদি থেয়া লৈতে পায়ু হায়ব থবক্কু পায়নি, মীন ঐ-ভোন্দৈ নমথাক লৌনম মতিক লৈতে। তৌবমক্তি ঐন থম্মদ কারবারসি অহুম তুনব কান্নব্রব অমহুগ পায়রসিবা হায়বনি।

থ— ফরি কারবারনো নহারোল মাংনবছুরাও? শেল ফংনি হায়ছুনবু অছুমক তোবাদি চোম্রিদ ভায়া।

শ— মতা চারিতৈদ শেলসি গুম্বিবমাথ থোমজিয় কৈদা মরুপ। পাদৈ ফব ফত্তব থিকনো, কারবারদ অচোপ অংবম নাই-গমু, শেল ফংলগ লোইয়বনে। শেল লাইন য়ায় ফংব কারবারন খ্রাইদৈ ফবনে।

তফা— হেয়া ভাব তারে ভায়া, কৌশুব ইনচিংব থোংনাংথোং ফগ্নী কারবারছু সুপীগীনি, মছু নিপা ঐথোয়ন পায়রুব লেমদেদা। লুপা ২০০/২০০ য়েমসি হায়বছু কৈনে, ঐসু শেল চিল্লিনে। অহুগ বাবুশিং ময়াম চাক থাংনব লুপা ১০০ দি থাক্কব য়াদেকো।

থ— ১০০ দি য়াম্মিলদা লুপা ৫০ ন য়ারোইজ্রাও?

ত— কারবারগী শেল টেম্ন থীবগুম্ব জাংনি, মছু পাম্মুরবদি ঐথোয়ন য়েমদোরিব শেলছু কদায়দৈনো— মথোয়ন কাবিদবগী হিংছব ভায়োক চফুদ য়োকপ ভা নত্রাও নথোয়বো?

শ— চুম্মিদা মছুবুদি পীরবসু পীথোকসি। কারবারসি চহি ৫/৬ ভদি কায়দনব মরুপ্ন পাও পীবিয়ু হায়রিবসনি। লেংলসি ঐথোয় লোইশংদ ভহাক্তং। (চংমিয়খি)

---

## লিক্লী-লৈম

### ৩/২

তম্ফাগী য়ুমদ, সুংথিল পুং ৬ লোম তাবদ তম্ফা-পান লাইরিক তাব চংকদবগী মফিমরোল,শেংপ লোইরে। তম্ফা-মান মশু অনী পুম্নন পোউতলোলা তম চংশদ থিনগদবগী শেম-শারি।

লৈহাও— মথোয় মবুবোকপু কদোম লেংবিদোরিবা ?

চাওভন— ঐ লাইরিক তাব চংলুগে, অরিবম মান্দোবত চৈতন্য চরিতাবৃত তারিবসিদি ওন্থোক্ল সুংভাইখ্রে হায়। নংদি নপাপ চেয়নিন তানিংলিরোইদকো ?

লৈ— ঐসু নহাক তাজক্লরে, লাইরিক থীব ওঝা অমুবত্থু রাশি কয়া য়াওদে, মথোল সুংশিদে।

চা— সুপী নথোয়গী ফাংসিদি ঐদি সত্য, লাইরিক থীব হায়ববু শক্ল চংনব্রাও ? নংবু থৈদেন কাক্লদোরিব্রা হুজিকপো ?

লৈ— করিগী ওইরবনো ?

চা— নচান মরম ওকথংলক্লুন— ঐন শেম্বদৈ তোলোবসু থর মচাজরে, শেম্লেমসু থর মকংলে হায়নরে, নথোয়গী পু:ল্লগ মুকথ,থীগ করি হায়ে, পুথাওগী মরৈ মরৈ তাথহুগ অমুক্তদি পীজো হায় ঐবো ?

লৈ— ঐ থৈদেন কাজরোই হুজিক্তি, হয়েং কাব কান্দ লৈজরক্তে।

করিনো চৈতন্য চরিতামৃতদ অহুক পুক্সিং লুপ্পিরব বৈষ্ণবন লাইথেংগাই হাবিদোরিব্রো ?

চাও— নংন থওপোৎ নত্তে— তুমিন্ন লৈয়ু । লাইথেংগাইদি ভা চিংলে। ঐন লাইরিক ম্মাক্ক চংলিবসিদি পুক্সিং শেংদোক্লবনি, লাইথেংগাই চাদোরিবন হকচাংগীনি। নংবু কদায়দ চত্তোরিবনো ? অভাং অনী মফি হোংলিবহুন কদায়দ পুংথোরিবা ? স্রাদ্ধ চত্তোরিব্রা তদ চাব কংনব্রা ?

লৈ— চৈতন্য প্রভুগী গৌড়লীলা তম্ব চত্তোক্লিবা ?

চা— হায় নং করি শাদোরিবা, শচীমাতা শাদৌক্লিব্রা ?

লৈ— ঐদি য়াওজয়োই, অভাং অম্নীসি পুমন নিত্যাইনন্দ অমন চৈতন্য মহাপ্রভু শাহনদোরিবা। তাবন পেন্নহুন্ন লীলা ওইন য়াওহন্নগ য়েংহৌরিবা।

চা— গৌডলীলা লিখ্যংপদি লুপা ৫০০/৬০০ চংগনি হুন্জিক পোৎ তাংলবু য়তুমগ্নিদ্রাদ! কদায়দৈ লেলনো ?

লৈ— য়পান ময়াইন পুথোকচনি, করিমত য়াবিক্লগু।

চা— ওয়াং নহালদ, লুপা ১০০ থগ্ন হেম্ন চাব থবক তৌক্লবদ ভাইরি, গৌডলীলা কংপ ওম্নব য়ু গঙ্গা ফারকপশিংহু হুরান্দুন য়োলহনগেম্নাও ? লুপী নথোম্নন নিপাবু কয়াম চাওনব ইন্সিন্নসি ইন্সি'ন্নদা। থবক তৌক্তুন কয়া কুইন লৈক্লয়ে— লেল য়াম্ন পাম্নদে? অমুক কম্নাম্নব মিহোনব ইন্সিন্নগ থবক তৌকহনগেম্নাও ? থবক তৌক্লগ লুংওাইতব ওহাক কোক্লব নেশা অমুক চামিংহনগেম্না, লিক্লী মক্লমদ থুপহনগেম্নাও ? লুপীন নিপা মাংহম্নবে শেম্নগংপনে। নংবু নচা মাংহন্দে'রিব্রা শেম্নগংতৌ'রিব্রা ?

ভরাবে থবক তৌব মহাক্ত কদায়দগী শেলনো হায়হুন মীন থিগৎলক্লবদি য়াই চীনগনি থওঙু । (চংখি)

লৈহাওগ্ন য়াথল তৌব চংখি)

(তম্ফা সুংখিল তুম্মুবদৈ মোজাকুঙ্গিং অম লিং, কৈজোম অম শেং থোরকই, সুপীমচাবু কোইখি খিরহুন)

তম্ফা— কদায় কদায়দ লোইন চংখ্রবগেনে কনামত লৈব উঙ্গিব-সিবো। হায় সুপীমচ', সরলা, কনামত্ত লৈত্রবনে। নিপা মচা মনিহায়! নমাবু কদায়দ চংখ্রবগেনে? হায় তারিয়াও, অভাং য়য়া!

(কোইখি খিরব তুংদ চিন্তা তৌহুন সুপীমচান মকোক চাওরথ কম্লিবহু উরহুন মনাক্ত থয় চংশিল্লগ)

তম্ফা—সুপীমচা। ঐন সুক য়ায় কৌরিবসি নংবু ইভা তাত্রাও? ননা পংলত্রা? নত্রগ ভাওগদবগী চিন্তাদ পংতৌ তৌরিব, জাংলা?

সুপী— ঐবু কৌবিখিত্রা? ঐদি নত্তমানে হায়হুন য়াথল অম থম্মুন লৈজরে।

ত— করি য়াথল থল্লুরিবা?

সু— উয়োম উয়োম থবক ইথাং লোইরগ ওহাক্তং মুম্মুবদ মঙ সুংজাইতবা।

ত— করি মঙনোনে?

সু— মঙদ ইশিং চাওরর্দ্ধি, হমুব হমুবী অমত্তুং অভাং অমীবু ইচাওন পুথি। নহাকপুন পোঙ অমম হাপতুন ইঞ্জিংবী

অমম পুথি। ঐবুসু থম হাম্মিমু হায়বদ লুপীতুর্ন য়াদে, নংনসু য়ানব ভাংনবিদে। ঐন কপ কপতুন উ মচা অমদ কাহুন লৈহৌই। মিকপ থোকলগ থবাইসি ইবাদ য়াহুন লৈ— ঐ কম্নিনো থওদে। (কপই)

তম্ফা— মঙ্গীদমক তাইবংদ অহুক য়াম, অচাওবা।

লুপী— চেকশিল্লব মতমদ ঐবু থাদোকপিন্নু, ঐগী মওহু ঐ য়াম্ন কিজৈ। (কপতুন মথোক্ত পায়)

ত— পাংদবী অপংবী! করিমত কিরুমু, নথবাই লুংভাইতব, অরাব অনাব পূম্নমক নংগী মপুম্নোইব ওইরিব ঐভোন্দ কথোকউ। ঐন হায়রিবমথৈ ইমু। নংগী অরাব পূম্ব কোকনি। লুপীন নিংগদব লাইদি মপুম্নোইবদনি. মপুম্নোইবন তৌব থবক থুদিংদ মতেং পীব, লুপীগী অথোইব ধর্ম্মনি। নথো তৌ. নংগী অরাব পূম্নমক কোকনি। শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনদ হায়খি "সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরনং ব্রজ. অহং ত্বাম সর্ব্বপাপেভ্য মোক্ষয়িস্যামি মা শুচ।" ধর্ম্ম পূম্নমক থাদোক্লগ ঐভোন্দ চংজৌ আর্জ্জুন, ঐন নংবু পাপ পূম্নমক্তগি কোক-পিনি, করিমত য়াগনু। নংসু মহুম্ন তৌও, নয়মাইনী অরাব লৈতনবা। লাইগুরুন হায়নব য়ানি ঐসু মুম্নবুদি থওদে।

লু— (মপি তরংতরং চেম্ন) অহুম্ন তৌরগ ফদৌব ওইরবদি ঐসু চংজরগে ইবুংতো নভোন্দ। (খুরুমই) মমাংতৈগী ইমাদ পুম্ন-মক কোকাপয়ু।

তম্ফা— মহুনিরন থাইনদৈ চংনরকপ লুপীগী লৌচং। করিমত মুংশা থীনু, করিমত চিংনমু— ঐ নংবু থাদোকলোই তাইবংদ'

(মকোক্ত নাম্বী) ঐগ্ন পূকচেঙ্ক ভিজ্ঞরবী, মুপীমচা, পুক্সপী থোঙলোইঙ্গ মপুরোইবি নিংবী।

মুপী— করি তাকপিগদবা ঐগী ইবুংঙো ?

তম্ফা— হিংহুন নৈবদ শানম্বিব কিসিদি অম্বাবন মযুং কারণ মুং-ঙাইব লংলান কেম্বম্নি। খাজত্রাও নং ঐবো ?

মু— থাজৈ।

ত— মুংঙাইব লংলা থরদং ফেঙিন্সি, চংলু পেগ অমমমদং কেন্সি, করিমত হঙোইমু, অম্বাব পুম্নমক কোক্সব, লাইবক থীব কোক্সব নপুরোইবন হায়ব ইল্লু। (মুপীমচান ওহাক চিংনবদৈ চংখ্রুপ লিক্লী পুথোরকই, থরুব গ্লাস ২ গা চানব। পাং থরগ পীরৈ) থেংক য়ু, অতুনীদন নিপাগী মুপী, অম্বাবদ মুংঙাইবদ মপুরোইবগী তুংইনগদবী!

(থর থর গ্লাসত থৈরগ তম্ফান থকপ হোৎ, মুপীমচান গ্লাস অম পী)

থকউ মুপী, অম্বাব কোকপ হিদাক্নি, ঐন হায়রি নম্নাইবক থীব ফনবনি।

মু— (কিন কিন, মম্নিংত মপি তরং তরং চেন থকই; তগংলি মথবাক পায়) সিবু কদায় হাওরিবা!

ত— হাওরকথিন হিদাক্নি। মসি চান্দিল্লু।

(করি করি থম্ন চাম্নিরৈ)

য়াম্ন থকপদি ফত্তে, য়াম্ন থক থকম্নুকো, চাকখাও তংপ ভাংনি য়াম্ন থক্লবদি। থিজিন্নং মুংঙিগী থকপদি হিদাক্নি খওঙ্ , পুক্নিং মুঙাইহৌ চাক তুমহনব।

(মহাক্তি পাংথক থকই হৈন্তুন)

(সুপীমচাম ওক্ল য়েংহুন লৈ)

ঐ হৌগংকে, ঐবু থর চিংথংলু— (থর ভাওরে) ভসি ভম্ফা ঐগী ইনিং থুংব মুমিংনি, ঐহাক্তি মতিক চাব মুপী লৈরে। ছুনিয়াদ ঐন কনাবু কিগনি। নং উরেদনা— মসিগী হিদাকসিদি থঙইরা য়ায় থক থকনু— য়ায় থকপ কদ্রেকো, ঐন হায়ব লৌ, বাজিন থওদনব লিক্লী লোইশিন্নু। মুংঙাইয়ু, ইশৈ শকউ—

(শকমিয়ব ইশৈ লময়াইদ শন্নহুন হায়রং হায়রং ইশিং থক্ত পোংদ তোংবগুম হোল্লগ)

তাইবং ইচাওগী কল্ল ইরৈদ

য়ারব মরুপশা!

কারকউ লাওনে লিক্লী ছিথক্ত

মুংঙাইব ওন্নশা।

করিগী য়াব করিগী চিন্তা

মপুগী মনাইশা?

খুক্লং ইল্লু মাগী নংবু শেন্ন,

মুংঙাইন লৈয়ুশা।

(অনীহু খুওম শোইহুন তুমিত্নৈ)

---

## লিক্রৌ-লৈম

### ৩/৩

অয়ুক লম্বীদ এক্সাইজ ওফিসারগী খম্বৌ অমসুং শরং পুহুন লাকই। অনীহুন অয়াব শককয়দ লেকথহুন লাকই, ওফিকায়ন শাওন উই।

ওফিসার— নখোয়না লোৎতুন কায়রোই, অশেং অশেংব হেক্ক হায়রোকউ। নখোয়ন তৌরিব জুবার অমদি য়ু য়োনবগী কারবারসু ঐ লোইন থডলবনে, ঐগী মীন শিংশিংন তম-বনে, হৎগে হায়ন হৎইবনে। নখোয়ন লোৎলিব মহাজন অমসু কনানো ?

খম্বৌ — কৃপা তৌবিয়ু সাহেব, নমাই ঐখোয় লাইরব মচা তাকুনি, তৌনিংডাই লৈতহুন তৌবকরব কারবারনি— লুপা ১০০ দং সাহেবকি চুরুট কাঁয়ব কচ্চগে।

ওফি— কবি লুপা ১০০ চুরুট থক্কব হায়বা ? ঐবু চুরুট লৈহুন থকপ ওয়েবব নিপারাও ? ঐবু শেল চাব মীরাও ? নং কাদোক তানিংব্রাও ? দারোগাগী ময়াদ শেল চাবিয়ু চাবিয়ু হায়হুন ইঁদ্রন মীসি নংগুম মীতা ওইবে। নখোয়গী জুবারগী খোটি লিংব, য়ু য়োনবগী শেন্দোং কংব য়াওমিয়ব প্রোপ্রাই-টর অমসু কনানো নখোয়নী নক্কয়দো ? শেন্দোং লৌবদি য়াওরগ কত্তি কংবদি মাগী শরুক থুংদব য়াত্রাও, মশক তাকউ কনানো ?

শরুং— মনাই ঐথোয়নীদনি হায়ব লৌরিন্ মায়া ?

অকি— অশেং অশেংব হায়দোকউ, নত্রবদি কৎখোই।

থম্বৌ— থবক তৌবিরব মতমদ মনাই ঐথোয়ন হাংনজখিবননি অমচুগী মনিং তাকচন্রিবা।

ওকি— থুজিল্ল তুম ঠৈরেশিব. কৈথোক্ত কি অচোকপ থমচুন হায়দোকহৌ হায়বকাছু তৌরগ তাকপ গুমজ মথোয়বো ?

থ— ইগ মচুদি তৌবিদু সাহেব।

ও— হায়দোক্লক্ত বদি মচু তৌদোয়িবনি থওবু।

থ— তায়া কমদৌসি হায়বগে ?

শ— হায়দোকব য়াববনিন হায়ব তাবেদনা।

থ— ফরেনে নং তাকওবে।

শ— নংন তাকপদি য়াত্রাও ?

ও— লৌতানদু নথোওবী চপ মায়ন হায়দোকউ Ready, one, two, three.

২মক— ভক্ষাজাওসিং।

ও— মপা মমিংদি ?

২মক— উষা চাওভম।

ও— এম্না'ইজগী থবক তৌবিব হাভিলদারছু নত্রাও ?

২মক— মানি।

ও— সরকারগী কারকপ য়ু গঞ্জা মতোন্দগী লোম্ন লৌরগ য়োলি হায়রিব নিপা অনীছু নথোয়নী নত্রাও ?

২মক— মানি সাহেব।

ও— চৎলু নখোয়না মতম থর জেল থানাদ পোথাব তায়ে।
(থর চৎলগ)

তম্ফাজাও অমসুং অর্দালী লম্বীদ লাকলদ মখোয়গ থেংবৈ। তম্ফান সলাম তৌই।

ওকি— প্রোপ্রাইটর সাহেব! জুয়ার লিম্মৎপ য়ু য়োনবৈ কায় বায়দ তোংব শেন্দোংসু লৌব সরকারগী তোলোব চারগ সরকারদৈ গঞ্জা য়ুসু লোয় লৌরগ য়োম্বোকপ, মতুগী মতিক চাব দণ্ডিদি কয়িনো থওত্রা?

তম্ফা— থওজবে হজুর, মাপ তৌবিয়ু। মতুংদ অমুক তৌজররোই।

ওকি— নংবু কুলদ তখিব চ'হি ৮/৯ দা ডাইরির থডাং মচারাও? পাঠশালাগী ছাত্রন উথাদ তৌব তাংতু সরকারগী থরক তৌরব নংন ভাংইবতু অঙকপনি। চৎসি লাও নংবু ভাব তাহনগে। শেল য়াম পাব নিপা নং হুজিক থবকসু তৌক্রব য়াই, জেলদসু কন কুইন লৈরব য়াই— চৎসি লাও মেজি-স্ট্রেটকি মনাক্ত। (চৎমিয়খি)

থংম্বো— সাহেবকি শেয়ার অম শেন্দোং য়েম্বদ লৌবিয়গ থাদোক পিবদি— ননাই ঐখোয়বু?

ওকি— করি হায়রিবনো বুড়?

# লিক্লী লৈম

## ৩/৪

রত্না অকাওবী মুয়দ, অমুক পুং ১০॥০ তারদ।

এন্নাইজ অফিসার প্লেন তোংহন ত্রিপুরাদ চংখি-ৎ দৌরবী, সুটকেশ বেন্দোংনচিংব পুখদোব লণ্ঠৈকপী পোংচৈ মপান্দ থাংদোক্লুব লৈব উই। অফিসারদি প্লেন আফিস্ত চংখি। রত্না দেবী শারী শেং ব্লাউজ ফজরব লিং মখম হাংতুন পাউদর থাহূন কেছুন মাঙ্গোন্দ লৈ। তম্ফাজাও মফি কয়া নান্দন মথরাই সুংঙাইতন মকোক ইকা। কান সি-ভিলিয়ান ড্রেস— পায়জামা শেং অমম্বং খুদাং লাওবী অম লিং লাক্লপ চপ লেপলৈ মাঙ্গোন ময়াদ। রত্নান উশিন্নদন কেরি।

তম্ফা— রা অমত্ত হংজগে ?

রত্না— কনানো ঐবুরা করিম্নিনো ? (ম্নেংথোক্তে)

তম্ফা— মানি ইনে ইবেম্মবুনি।

রত্না— নংগী নশকসি ঐ অমুক উখিবগুম তোরে। করি হায়-নিংবগে হেক্ত হায়ু।

তম্ফা— সাহেবপু ওসি টুবদ লেংগনি হায়ব অচুমত্রাও ?

রত্না— ত্রিপুরাদ থা ১/২ লৈকনি হায়বনি ঐথোয় সাহেবতি। ওসি প্লেন্দ চংকনি হায়ত্নন পোংচৈ থাংদোকইর্বাসিনি। হৌজিক সাহেবতি প্লেন আফিষ্ট চংখি।

তম্ফা— ঐ সাহেব উন্নজগমব নত্তে, সাহেবতৈ ফেম্ব ইমেব ব্রা অমত্ত হায়জগে লাকপনি ।

রম্ভা— হায়য়ো, হুজিক কাওব কৱিষ্ণী হায়দে— সাহেব তাইন-লোইদব ব্রা ওইরবক্ল ।

ত— ননাই ঐবু সাহেবন খবক লৌখোকশিয়ে, মরুপ অনীবুসু ফেলাম থম্বিগ্রে— ঐগী খবক্ল সন্দোম্ব তৌবিয়ে, ইশাবুব জ্বামিন্দ থাগ্নিবনি ।

রম্ভা— কৈদৌরুবৈনো ? ওক্কেদা নখোয়— নহা নপাঙ্গল ইন-খৎলকইব ক্লাংসে ।

তম্ফা— শেল চিনমনগ্রহুন ঐখোয় অহুম য়ু য়োম, জুরার লিং-থংপৈ খবক মতম থর তৌরবে— নহান্দ সাহেবন কাহুন দশা তাজরে । কৃপা অমত্ত তৌবিদব য়াজ্রে । ঐখোয় ৩ ১০০/১০০ থায়নরুল লুপা ৩০০ কচ্চগে ?

রম্ভা— মহু কায়রোই মী ১ দা ২০০/২০০ ওইরবদি ৬০০ তারে— অহুবু কনা নত্তে ১০০ তাবিগে ৫০০ পুরকউ চসি হুংদাং মক্ৰগ হয়েং অয়ুক ।

ত— ঐগীন খবুক হজিনহনবিব, মরুপ অনীহুগীন ফেলদৈ কন-বিবনিদো ?

র— মহু কাওবগীনি লুপা ৫০০ হায়রিবসি ।

ত— লোইবিয়রোইকো ?

র— ঐবু থাজ্জবদি কৈদৌন ঐত্তোন্দ লাকই ? নহন লোইগদব-দনি ঐদি লোইব হুপী নত্তে ?

তম্পা— হোরেল সুংলাং নত্রগ হয়েং অমুক পুক্ষরক্লগে অহৎদি।

রত্ন— মী কুইতেদি তাকথোকউমুকো। ঐবু মীন তৌব তঙ্গল্লি হায়খিনি। চহি থরুগী মতুংদ ইলেক্সনগী কেন্দিদেট ওইরৌবিরবা মুশীনি হায়। মীবু থাজহন্দব য়াদবী মু-শীনি ঐ।

ত— ঐখোয় অহুম নতুন অতৈ কনামত্ত থজহজরোই। চচ্চরে।

র— ইহে করিমতম্ থকখিত্রেদো?

ত— ঐ লোইন হেজরে। (চৎখি)

(হোর্ন থোংব মখোল তায়। আকিসার মাগী পো-বাক্কু লেৎতুন লাকই। মাগী চাপ্রাসীন পোংচে হোন্দোকখি। রত্নান মশম পুন্সিল্লি, মফি ইন্দিল্লি)

র— ছুজিক লেংব ভারত্রা?

আ— চৎপ তারে, থা ১ মথাই রোম লৈরকপ য়াই। অহুবু তাল চাত্রবদি— হৎ অমুক হল্লকপ য়াই তম্ব ওমদে।

র— মহান তম্পাজাও হাতিলদারগী কেশতুবু কবিদ তাত্রবগে?

আ— মহাক থবক্তে সম্পেন্ন তৌহল্লে, দিসমিস তৌরব য়াই, কেশ চথরগ। মাগী মরুপ অনী মু হুরান্দুন য়োথশিংহু থা ৬ কুব কাদোক তারব য়াই।

র— মখোয় অহুমহু কম্বিবদি ময়াররোইত্রা?

আ— মহু ঐন ওমপোৎ নত্তে, রত্না। অহুওম য়াকম ঐবু কোক তাওহনগনু। মুপী নখোয়ন জ্ঞান তাত্রবদি মতিক চাত্রবদি নিপা মকোক চাওই হায়ব থজহু।

র— অতুবু কারুত্রবদি সাহেবত য়ুম পানবগী কমিদি কাম্নগে ?

ঐদি খাদোকপিগে হায়রুন শেল চাব হৌরনি।

আ— হায়, মতুম্বকা ভৌরুম্ন। নংগী শেলহু ঐ পীগে।

র— মৈন পীজরব শেলন হেল্লে, পোং লৈহুন চাবদ হাওব।

আ— ভাওসিরম্ন ঐ খেংগ্রে, চংলে।

র— ঐ থিম্নোকে গাড়ী কাওব। (চংখিরথি)

---

## মীন অহুদ অহুম

মতম ভহাক লৈরগ।

এভ্ভা ইশৈ ভংহুন হল্লকই, তম্বাক শেগ বৰ পুহুন লাকই।

রত্ত— কচিগীমো অমুক চলাকবদি কৈদোংয়ে ?

তম্ফা— হল্লত্তবদি ঐম চংলুদোব কদায়দনো ইনে ?

র— হায়, সাহেব অংকৈক চংগ্রে ইনে কৌরম্ন। নংবু নযুম লৈত্র-বনে হৈবুংভো ?

ত— থবক কাহল্লে সম্পোন্দ ভৌহুন লৈয়ে, ভোদোব পুশিল্ল-রোইদব ঐন য়ুমদ চংউহুন কৈদোদোরিবনো ? শেল লুপা ১০০ বোম য়াওরি, মসিন ঐগী থবক হল্লিম্নবদি ভৌবিদব য়াদ্রে। মাখায়নীবু কাদোক্কে কমবিমম লুপা ২০০/২০০ হায়বত্তুদি ঐ কোম্ন উম্নরুগে।

র— ১০০ দি য়ামদেনা ইবুংভো।

ত— য়াম য়ামদব থিবিব য়াদে ঐগীদিদি। (১০০ পী)

রম্ভা— ( লৌরগ ) নয়ুমদ হয় য়াম্রবদি কদায়দ লৈব তারে ইবুংঙোদি ?

তম্ফা— থবক হঞ্জিনহনবিত্রিবমথৈ সত্যাগ্রহ তৌবগুম ঐ য়ুমসিদৈ লেংজয়রোই।

র— অছুদি সাহেব লৈত্রিভৌসদ ইবুংঙোবু য়ুমসি শংব য়াওবিগে থল্লব্রা ? ঐখোয়সিদ পেন্নব চাহুন কায়নব থক্লুন লৈব তারেদো।

ত— ইনে ঐবু মহৌশাগী ঐহু নত্রে, য়াম্ন হল্লে।

র— মেম কোগে কৌ, চান্নবী কোগে কৌ, ঐঙোন্দ ইনে কৌবদি য়াত্রে ইবু ঙো, ঐখোয় সাহেব লৈতে। কারিগীনো ইয়া নত্তব ইবুংঙোন মহৌশাগী চাগন থক্কনব পুকচেলহু ফাদোক তা হনবিরববো ?

ত— ইনেখোয়গী স্বরাজ ফংব লৈবাক্ত শগোল অপাইবী তোংহুন কোইপাই পাইক্ক্রগ য়ুমদ হনথিবদ শগোন্দৈ নাম্বহুন তাখি। মুপী, অভাং, ইমা শগোলন কাওহুম থর থীন শোকই, হাসপাটালদ মখোয় ফন কুইন লৈক্করে। ঐদি ঐখোয় বাজিন মাইব শাব হৈবনিন য়ুমদ হিদাক লাংথক তৌবিহুন থর লৈরগ অহুম কথি। শগোলন কাওগনব মী থাদ গনবসি থল্লুবদ ঐ শগোল তোংব খিজরে।

র— শে নংন পীবহু পুখ্রো (শেল হল্লি), নখোয় ঐখোয় মরূপ মপাং নত্রে, শকথঙ মাইথঙনদব হায়বহু ওইনরসি ইবুংঙো। লেংবিব য়ারনি, পুকচেল্ ফাব ঙম্নব, জ্ঞান তারব্ অহল ইবুংঙো !

তম্বা— ইবেম্মদ হুজিক পাম্বিরিববু থকসি ভাওসি শগোল অপাইবা তোংহুন থরাইন ভাব লম কয়া য়েংব কোইরুসি, অহুম পুক্কচেল ত্তিরবদি ঐগী থবকশু হঞ্জিনহনবিগে শি নত্রাও?

মন্ত্র— মহুবু মুংশা মরক্ত নুং থুগাইবগুম অয়াব থবক্রাও।

তম্বা— রাববু ওইরর্বদি হকচাংসি রাজশমু হায়রিবনে। ঐন কিরিবসি হকচাং রাব নত্তে, পুক্লিং নাবনে। বাজিন ইমান য়াদব থবক তৌবদ পুক্লিং নাই, শগোল তোংলগ য়ুমদ হনখিবদ য়ুমগী পোংচৈ লুপী অডাং মথরাই নাই, মহুন ঐগী পুক্লিং মুংডাইহন্দে।

মন্ত্রী— ভাইবংপান্দ অপাম্ব চাব থকপগী অধিকার মী খুদিংমক্তা লৈ। চানিংদব থক্লিংদব অহল্লমন মখোয় চাদসমু থক্তসমু ঐখোয় শাওদে। চানিংব থক্লিংব নহা ঐখোয়গী লম্বীদ মখোয়ন পম ওইন থিংইব করিগীনো? ডহাক্তং মুংডাইনব হিংব পুন্সিনে, চাবিয়ো থকপিয়ো, মুংডাইবিয়ো ডহাক্তংদো—লম্বিবমখৈ তোইন। মুংডাইব মতমহু হোৎখ্রগ থরাই রারকপ জ্ঞান ভারকপ মতমতুদ য়ুমগী অহল লম্মন্ন হরাউনব রামিন্নবিক্তও। রায়গ মুংডাইব মথোযগী মনিংমু থুংলে, ডহাক্ত মুংডাইব পাম্ব মৈরানবী নংগীমু ননীং থুংলে। ইবুংঙো খোয় ইবেম্মহুবু ভোট কদোমদ থাদবগে— নহারোলত্রা অহল্লোম্ত্রা?

তম্বা— ঐখোয়গীহুবুদি ঐন হায়ব ইল্লে, খয় থর হৈরে। থবকপু হঞ্জিনহনবিগে হায়রবদি লুমিং কয়ানিনো ভাওজরগে— থবক তৌত্রব তোলোব চাত্রব ঐন য়ুমদ জ্ঞান ভাক্কহুন কৈদৌদগে।

রস্ত'— মতুন্নিদন নিপামচা হায়ছনা— খেঙক স্থু।

(মথুং পায়দুন চিংই, তম্ফান ইপাও পণ্ডখন য়াম্নীংগুম য়াম্নীংদগুম ওকচানন লৈ। রস্তান থক্রব অমসুং চানব পুখো-ক্লগ থকমিরৈ— চামিরৈ। রস্তান তম্ফাবু পণ্ডপিদ পিখকই। পণ্ডপিদ পিজ্জে। মমৈদদি ইনবিরে। অনীমক থর থরদৈ চানন ডাওমরে। লীলা উংপ হোগংলরে)

তম্ফা— থক্লে ঙসিদি পেম্রব, বাজিগ হৈমাগন তারবদি কয়াদ শাওরগবা! শাওবদ নত্তে কপ্পদগী শিস্থরকপ শিত্তন তাইবং-পানদি প্রলয়গী ইচাও ওইদুন থ্ৰম্মনি। ঐগী রাখলগী তাইবংপান্দি সুমিংকি অকোইবদ উরুরু উ'তুন লৈরেদো! প্রলয়গী ইশিংদ ইরাক্লরে, ঐবু কম্বিয়ো, ঐবু খর কম্বিয়ো! ঐবু ইচাওন চেম্থরে! করয়ো!

রস্ত।— লাও সহাজাহান কাখৎলকউ লৈচীন খেংন রাংব তাজ-মহলদ, থম্ব ঙম্মোই প্রলয়গী ইচাওন। মুংশি মওলায় যুফম ওইব মখোল ১০৮ না নোংথক্ত থিঙ্গৎপ লিক্লাইন শাব দলালদ কাখৎলকউ ইবুংঙো। তাইবংপানগী অরাব, মুং-ঙাইতব রাখলন নঙোন্দ করিমত্ত চংব ঙম্মোই।

ত— সমজিংবিযু প্রেমগী রাণী, দলালদু কানব সিডাদু কদায়দনো?

র— তোংলব শগোল অপাইবীদু খুজ্জীদ চেৎন চিংখৎতুন পায়-বিযু, মিৎন কুপ্পদ য়োনি ইনিংথৌ মহাপ্রেমগী রাজ্যদ, শোরারেনগী অমরাবতীদ।

( বেন্দ পার্টিগী তান্দ নেৎতুন অনীদু ভাবন শগোল অপাইবী অমমম তোংতুন পাইখৎপগী মতৌ উৎলি, ডাওরি ফৈরিন— মঙলান্দ।)

রম্ভা— শগোলদৈ ভপ্প কুমথবিরো। (মতৌহু উৎলি) য়োরে ইবুংঙো, প্রেমগী রঙমঙ্কদ, শাবিনিংব জগোই শাহুন হয়াওবিরো। মকমসিদাদ তাইবংগী অরা ঈচাওন চংব ভম্ব নত্তে। কাওখ্রো লৈনব মরী পূম্ব তাইবংগ, নশা থপলো ননীং তম্ম মুংঙাই লৈবাক্কি।

(অনীহু টুইষ্ট (Twist) তৌই, music party গ জান চান— অভকপ ]কাংন মুংঙাইরব মঙলান্দ ইয়োইহুন শাদৈ, মমৈদ অনীমক চোকথহুন তোঙান তোঙাম্ম জাহুন য়াম্বহুন শাথীন তুথি)



## লিক্লী লৈম

### ৩/৫

**লম্বী,— মুমিদাংঙ্গাইরম—**

মফি ময়োল মোংলপ্প শেংলবী সুপীমচা, অঙাওবী ১ গী মিংয়েং নায়েং— শাজং লীচংত মপুরোইব থিব চংলি কোইন।

সুপীমচা— ভাবিরিত্রা ইবুংঙো নহাকপো,— কদায়দ লৈবিবগে? অমুক্ত থুম্বিরকও, কোজারিয়ে ননাওন নংন হায়বদ ইঙ্গরবী প্রভূগী ননাইন। ব্রজ গোপীশিংন থিবগুম নন্দগী মজাইবুংঙো কাহ্নাইবু, থিজরিয়ে ইবুংঙো, ভাইবংপানগী অরাব কোকহম্ব ঙম্ব ইবুংঙো নহাকপু। পীথকথি ইবুংঙো নংন অরাব কোক্ল-বনি হায়ত্নন অমৃত, লিক্লীদ চেংন থম্ব মহী। মহাওদি থঙজহোরে ময়াই কম্ব হিদাক্তুগী। অরাবদি কুইন কোকহম্ব ঙমদ্রে ইবুংঙো, অমৃত ফংনব থিবদ অতোপ্প অরা নম্বো অমমুক থোঙ্গংপিরম্মে।

কদায়দ লৈবগে ইবুংঙো নংবো? অমৃত থোকহনব হয়িংথোই? শুসি ৭ নি শুরে নশক উদব, যুমদ হল্লক্কব। নংন হাররবমথৈ ইঙরগে, মপু নিঙবী মীনাই ওইহুন ভাইবং-পানগী অরাব পূরমক কোকচরগে থগ্রবীবু হুল্লোকপিরম্মগ করম্ব কংসগী মধুপুরদ লেংবিররবগে।

হা হা য়ো। ঐদি শ্রীমতি রাধিকাগ দশা রাররবং নিদো। ও। মনিহার মপা, নংবু কদায়দ লোংলিবনো? থিব থওত্রে, কোং কোং হায়বিরক্লো।

(লম্বীদ তাব মনা হায়গংক্তুন, উপী মরুমদ, কাচীন কো-য়াদ চংত্নন কোইথি থিবগী মতৌ উংলি। মতুংদ ইররকপ মনেখোক নৈহাওন মাবু উবদ মথুদাং পায়রগ)

নৈহাও— মত্নদ কৈদৌরিবনো সুপীমচা? থিরুত্ত্রবস্থ মমুমদ মরন নাই লাকচগদব লৈয়ে।

সুপীমচা— করিনো অবোক্ত অভাওবাদৌন ঐবু থিরকইব করিগীনো। মুমিদ হুম্বিরো, যুমদ হুম্বিরো— ঐ করিমত ভাওব নত্তে। মাংগ্রিব নচানিপা কাহু'ইত্ন ঐ থিরুগে, অবোক যশোদ রাণী যুমদ হুম্বিরো ঐ চংলে, বাঁশী মথোল ভারে অবোক লৈহৌরো। (চংকে ভৌই)

নৈহাও— বাঁশী মখোল হায়ববু কমদোল ভারিবনো? কদায় ভারিবনো?

সু— নাকোংদ ভাবনে, লিক্লীগ লিক্লীগ খেংনবৈ মথোয়ে। অবোক্ত থওপোং নত্তে— যুমদ হল্লো। (নাস্থোক্তুন চংখি)

(মবোক্ত অহুম ইরখি)

নৈহাও— মসিস্থ ভাওব তারেদনা!

(রান ইরখি)

---

## লিক্লী-লৈম

### ৩/৬

জঙ্গলদ উথোঙ অমদ যু ভাওরম্ভুন তম্ফা লৈথোম লৈমাং থর তৈন— মফি ইরাঙ্ক য়াউন পস্রাক তাহুন তূন্নম্মি। চাওভন্ন থিবকপদ উরম্ভুন চেনসিল্লি; মুংশা হোনব্রা য়েংই, যুনম হনব নম্বদ মনাতোন রুমালন মেঞ্জে। তূম্বনি হায়ব থঙলম্ভুন হোদোকই।

চাওভন— নিপাম্মচা, তম্ফা, ইপাগী তম্ফাজাও, নংবু ভারিব্রনে? করিগীনো নংন উথোঙদ অশিবদোন তাহুন তূম্মিববো? নযুমদ য়াদব্রা নংবো? (নোমম্ভুন হোদোকই)

তম্ফা— কনানো? ফুরিংথাওদ পৈশা য়াওদে, করিম্থু ক্যান্নরোই চংলো। (অমুক তূমথৈ)

চা— হায়, হৌগংলুনে নিপাম্মচা তম্ফা।

ত— কনানো বাজিরা? (মমিং পাংবদ মপা উই) ঐবু ভাকপিম্মু বাজি, ঐ থক্তব য়াদম্ভুন অমুক থকউরে। থবক তোকপদৈ অমুক হঞ্জিন্নবা।

চা— থক্লগ থবক পীনি হায়ব্রাও?

ত— পীনি হায়হৌই।

চা— অহুদি থবক পীদোরিব মাহুগী মনাক্ত অহুম লৈরুরো, ঐগী য়ুমদ লৈব য়াররোই। থবক তোত্রবম্নু থকপু থকত্রবদি,

অহল লমনগী মাই ভাকুন সমাজৎবু কিনা চৎলবদি নং ঐগীদ
লৈব য়াগনি, ঐন থাক্লনি। নং ঐন লুন তৌবসিদ কা হেন্না
কেথোক্লেনৈ। থক্লরোই হায়ত্নুন কয়া য়াশকখ্রে, ঐন কয়া
ভাকপিরে ফরক্কত্রা জ্ঞান ভারকত্রা হায়ত্নুন। নং ফরকপ
নাইদব শানি, মী নত্তে। ঐ শাগ তিন্নন লৈব ভম্মোই, নং
ঐগী যুমদ লাকনু। নংগী মুপীশু ভাওত্নুন চৎখ্রে নংবু কোইন
থিব, নচা অনীতু য়োকপ ভমত্রত্নুন নকুবোক ননেম্মোক্ল পুখ্রে
ঐখোয়দ হল্লক্লনু নং, নংবু য়ারকপ ভমদবগী ঐ চরা হেল্লুরনি
শিত্রি ফাওব, ঐন হিংলিভৈদ নং চংলকনু।

ভম্ফা— ঐন থক্লিবসি বাঞ্জিন চরা হেল্লগ ফগত্র। ? থক্লিংলকওইত্রা ?

চাও— ফগনি ফত্তব য়ারোই, নংবু য়ারকপ ভমদব ইচা চণ্ডাল
পোকপ, ঐ ইথয়াইসি শেংদোক্লব চরা হেন্দুন শিথিনি। নপা
শিখিনবগী মরম ওইব নবুকচেল য়ারকপ ভমদবদো শোইদন
ফরক্কনি, ঐবু নংন নপানি হায়ন থাজরবদি। চৎলো পেন্নব
থকলুথো— ঐগী য়ুমদ হুল্লকনু।

ভ— ঐ থকপ ভোক্লগে চরা হেনবিরনু অরেম্বদ য়ানবনি বাঞ্জি।

চা— নং ঐভোন্দ নতাং কয়ারক তৌরে ? ইমানীদি থণ্ডনৈ।
হন্দক্তি মতু য়াবরোই। নংন থকখিনি হায়রবসু ঐ চরা
হেল্লনি, থক্লরোই হায়রবসু হেল্লনি। কৈদৌনব হেন্দোরিবা
নং থণ্ডহৌ। নণ্ডগুম শা অম পোক্লগ য়ারকপ ভমদব ভাই-
বংপান্দ থাদোকপগী প্রভীকার ওইন হেন্দোরিব চরানি।
হেন্দোরিব চরাসি নোংম নিনিদংগী নত্তে, ঐ শিত্রিব ফাওব
হেন্দোরিবনি, ভসি উল্লবসিন ইমানী লোইরে।

তম্ফ — বাজ্ঞি অমুক্তদি তপথবিথো। অমত ঙাইব মচা ঐবু অমুক্তংগ ঙাকপিথো— (থুক্লম্মি)

চা — ঐন হায়খিবত্রন অরোইব ব্রানি। ননীও অম্ম চাহুন থক্লুন —কোইহুন লংহুন লৈজহোরো —ঐগী ব্রাথল তৌবহু। (চংথি)

(তম্ফা কপ্তুন লৈহোই)

ও বাজ্ঞি! ও বাজ্ঞি! অমুক্তদি ঙাইখো। ঐ ব্রা অমত্ত হায়জখিগে। (মপা হল্লকই)

চাও— করিনো করি হায়গদব লৈরি? নংগী নত্তাং ওইরবদি ঐ তাব্রয়োই।

তম্ফা— বাজ্ঞন ঐবু পিক্লিউৈদগী য়েহুন চৈহুন ব্রারকপিদবদগী কিহন্দবদগী মাস থোকইব নত্রাও? করিগী অহুক কম ব্রাশক —অহুক মুংশিহৈতব ব্রা!

চাও— (কপ্প কপ্প) নংন অমত্ত ঙাইজব ইচা ওইবন ঐ নংবু য়েব ঙমখিদে, থীন চৈব ঙমখিদে। ঐ নংবু শাওদে, ঐন কেথোকহন্নগী মহৈনি, হুজিকস্মু ঐ নংবু মুংশিন্নি, নংন কম হেম্বনিন য়েহুন ব্রারকপস্মু ঙম্মরোই; ঐন শাওরিব মীসি মচা ব্রারকপ ঙমদব বারকপ হৈতব ঐবুনি। মুংশিরব নংগী ফনবগীদমক মুংশিত্রব ঐসিবু ব্রাহনগে লাক্লম্মে তৌবনি। ভাব তারেদনা। (চংথি)

তম্ফা— ঐবু ঙাকপিযু বাজ্ঞি। (থুক্লম্মি)

(তম্ফান কপ্তুন লৈহোই)

চাও— ঐ নংবু শাওদে। নিংথিন ব্রারকহোদবগী থোষনি। ঐন শাওরিবসি ঐবুনি। (চংথি)

---

Drop scene

# লিক্লী-নৈম

## ৪/১

রত্তাগী য়ুমদ, য়ুমিদাংলোই।

চোংথোক রত্তা কেন শেং-চাগত্তুন ফম্মি, টেবলদ লিক্লী Country অমসুং foreign liquor য়াওব অমী লৈ। থকুব পাত্র ২/৪ লৈব উই, প্লেট্তু অচা অথক থাম্বেন বোড়া য়েনকৈ মায় থরম্ম— য়েক্রম অফুংপ মায় আলু থরম্ম কজন থেম্মুনে থম উই। মীনাই হায়রগ মাম নক্রগ হোটেল বোই শাত্থুন চুকুম ভাইত্থুন মশা শোক্রব, কিভম থীরব তম্ফা লেপ্পি।

রত্তা— নংগী থবক্তু হজিন্দ্র য়াররোই তম্ফাজাও, ঐগী লৈজব ইপাঙ্গল পুন্নমক থাক্কন শিজিন্নত্থুন ঐথোয় সাহেবতা নোম-ত্থুন য়েংঙে কাম্ন্রেহাই। নংন থোকপ উপায় অটৈ য়েংলুরো, সাহেবস্ম ভসি খুংলব য়াই, নহাক ঐথোয়গী য়ুমসিদ লৈবস্ম য়াররোই, মুতম হেনখ্রে।

তম্ফা— ঐদি অত্থুদি কদায়দ লৈরুনি, করি শূত্থন চানি ইবেম্মা? ইপান হায়ব ইন্দন নংন হায়ব ইয়দৈ ইয়ুমদ চংহন্ত্রে, থাজি চন্না হেন্দুন নারমগনি। ইমান ঐবু ইচানি হায়ন্ত্রে শাগত্ম চৈন্বে, ইচা অমী য়োকপ থাকপ ভমেজত্থুন মপু মবেম্ন লোখ্রে। মত্থুগী মথক্ত মেমা, ঐন হায়নদ ইলবী মমম ওক্লবী থর্ম্ম পত্থুদো— ভাওত্থুন চংলে, মীয়োল ভাগ্নে।

রম্ভা— ভাইগো, নংগী হৌবীহ্ লাইহৈরি, ঐডোম্ব বেমা থৌব য়াম্রে, ইবেম্মা থৌব য়াম্রে ঐম্বোয়রী সাহেব ক্লপি লাক্লদি, ইনে কৌ ঐডোম্ব, ইবে ইবেম্মা হায়ব কাওদি য়ানি।

তম্ফা— ইবেম্মা ইনে, লিক্লী নৈমগ মরুপ ওইকবদগী ঐগী ইমুংগী মপাদি অমুক্ত থম্বহুন য়েংবিয়ু। কিডম অসিগ ইনেন ঐবু থবক্তু হল্লিনহল্লিহুন ডাওরবী মুপী, নারিব ইপাহ, পাওরবী ইমা, মদুক থগ্রব, লাইরিক তমহনব ওমগ্রর ইচা অমী য়োকপ থাকপ ওগ্রব শিঙ্কিগ্রবদি ঐ হিংব য়াম্রে ইনে।

রম্ভা— নক্তিক নৈতব, মরিল য়াওদব পাংদব নং করিগী যু থক-উরিবগে? নংবু ঐন থকউ হান্নন হন্নিবক্লাও? হৌনিনব থোক্লমন্থ যু থক্লগ মপা মাংহই, মমব মাংহই, মচং মাংহই হায়ব থগুনহুব কনামত থকউ য়ানম্রে মতিক নৈব, মী অচৌব মথোম্বন নৈপা তারগ মীন পোক্লগদব মীতা থম্বদং নত্তলা। নং নৈকদৌনব থকউরিবনো? নংন মহুৎ মুংতুন, চাকথাও ভংতুন, মাংহুন তোক্লোহৈদবগী মরম করি নৈ? নতৌ উরগ কল্লক পেম্রে। কমায়, অঙ্গুরবৈ পেল্ল অকরবি পেগ অমম্ভং নৈহরকউ।

(নৈরগ তম্ফান লানন্সিল্লি, ওওক ওওক য়েংহুন নৈ)

রম্ভা— (লৌরগ থকই, য়েনকৈ মাবহু চিক্লুন চায়) নংবু খিংডং মহাও য়েংগেরা— কোরেন মীকরনি হায়?

তম্ফা— ঐ থকক্লরোই, মীজন্কে পেলন্থ নৈপা অম কাওব পায়-অম্রে। মহুদদি হায়বিনহু। ঐবু ডাওহুন ভংপ অরোবে ইনেবেম্মা।

রম্ভা— করেনে, নত্তে মনাওমক ছাওদুন চংথিররো, লিক্লী লৈমগী কৃপাদগী অরাব কোক্লব, ইকাই ইকি খঙত্রব অরান খুভম ফংলব চুপীগ নিপাগনি হায়দুন লৈবাক্ল নতৌ তম্নব। হা— হা— হা— (থাক্ল থাক্ল নোকই)

তম্ফা— মুপী, নহা ওইরিবী অমনি ইবেম্মা মং, ঐবু করিমত্ত মুং-শিত্রবাও ?

রম্ভা— হা হা......... । মুংশিবৈ রা। শক খঙনত্রিবগে অমদি খঙনব মৌরিবৈদ থর থর মুংশিরম্মি, চুজিক মুম নশক খঙলব, নঙোন্দ ঙক্লিংঙাই অমত্ত য়াওত্রব, নরল পৈশা অম কাওব পক্তব মতমসিদদি মুংশিবদি হায়রক্লু ইবুংঙো তুক-চরে, চুদৈ রেম থারে, ঙাইবং পান্দনবু উত্রবদি ঐগী মুংঙাইব ওইরনি, মিং নাব ফরনি।

তম্ফা— মংসি ইবেম্ম', লিক্লী লৈমগুম হিংচাবীনি হায়।

রম্ভা - ঐদি অওইবদ হায়ব, ধর্ম্ম কায়দন, মনিলদৈ লৌব অরূব মহী, অরংব লিক্লীদ ঙাম্বী লাইরেম্মগুম ঙাংনি। হিংচাবী হায়রো পঁকওইরে, লাইরেম্বী কোও অপংবা। হিংচাবীবুদি মীন কিনদুন মনাক্ত চংনদবনে, ঐথোয়দি মীন য়াম্ন ইম্নবী, ইরাংনবী লাইরেম্বীনে। হিংচাবী ওইরবদি নং ঐবু করিগী কিদে ?

(তম্ফান শংত্রিক য়েংদুন লৈ)

(চুপীমচা অঙাওবী মাম্ন শেং ইন্দুন চংঙক্লপ মথুং লোমদুন)

চুপীমচা— ননাই ঐবু অমুক্ত চংজরকপ য়াগক্লা ?

রম্ভা— কদায়দৈ অঙাওবীনো চংঙকউ করিগীনো ?

থুপী— শাম্নবিরিব লীলাহুব্ ঐস্থু থর য়াওজব য়াক্সাও ? অমেম পার্ট, রাণী নত্রগ ইনাকথুম্বী শাজগদব নত্তে, মীনাইম্বুবী শাঙ্গন য়াওজগে।

র— কদায়দৈ অভাওবীনোনে সিখো ?

ত— ঐগী থুপীনি মরাইবক থীরবীসে। মীয়োল থর য়াংদে অহুননি। নং কৈদৌন শিঙ লাক্লিবনো ?

থু— শাম্নব য়াওগে লাকচবনি। ইবুংঙোগী নতুং ইঙ্গরকইরা, থুপীদি নিপাগী মমি ওইব হৌনবনিনা।

র— নিপাগী মতুং থুপীন ইম্ব ভারবদি নংগী থুপান য়ু থক্লবদি নংস্থু থকপ ভারেদো ?

থু— নিপান থকউ হায়রবদি থকচৈ মেমা।

র— ঐখোয়সিদ শাম্নব য়াওগে হায়রবদি নংস্থু য়ুসি থকউ। ( হৈহুন পী )

থু— (পায়রগ) সিবু ফাল্লব্রাও ? (তম্ফা'দ হংই)

ত— ঐদি মহু থক্তে, ঈপান মহু থক্লগ মথরাই শোক্ল শাওই।

থু— মসি ঐস্থু থকচররোই। (পীথি) ঐখোয় ইবুংঙোন ফাল্রবনিন।

র - ঐদি য়ু থকই, ওাওব পাম্মি, মণ্ডলান্দ মৈরাম্বীগুম পাইহুন শাম্নব পাম্মি। মহু হৈনদব নখোয়নী চংলে। ঐগ শাম্ন-মিম্নব য়াবরোই। ঐ নখোয়গ তিন্ন'নঙ্গদে।

ত— মহু থক্লগ থবক হঞ্জিনহম্বিগত্রা ? মহু ওইরবদি ইপান হাম্নব ওহাক ইন্দ্রগ ইমা, ইচা অমম্তুং থুপী থাকপ ভম্নব থবক্তু হঞ্জিনজহৌগে।

তম্ফা— খুমু তিংব, থবকসু তিংব ঐনা ? ঐডোম্দ করি কায়দৌরি অদুনা ?

তম্ফা— ইতো য়েংহুন খুংডাইবিব, ইনাকখুথ মচা ময়ুম খুম্মবশিংনা ইশিং চাওব নংলবইরম্ভব লাইরবশিংগী কুইম য়েংবদ খুং-ডাইরবগুম, কুইম য়েংবদ খুংডাইবিরে।

র— করে কুইম য়েংলগে মখোয়নী থকমিয়রো, তাওবব থক্রো, অদুগ লীলা শাবসি।

( থরুব চানবগী, মকৈ মনাওন চায়, থকই, তম্ফান দণ্ডি ওইনা— কয়া থবাই তাদনা চাব থকপ মতৌ উই। সুপীমচাদি হরাওন চায় অমসুং থকই। তম্ফান রত্নাদসু লানশিন্দুনা পীবকই, সুপীমচাসু মতৌ তম্ফহুন অচা অথক পীশিন্নি। চাব থকপ লোইরকপদ— তম্ফান য়া হংই )

ত— করি লীলা শাবদগে ? কনান করি পার্ট শাব তায় তাকপিসি ?

র— ঐন তাইবং পাবগী মহারাণী, নংনা থবক থিব লাকপ নবুক থম্বব লাইমব, নংগী সুপীসিন ঐগী মীনাই সুপী ঐন হায়বদ হুনগদবনী। নশা নশান য়ানরেকো— পার্টশিংদো ?

ত— য়াম্মুরে। লাইরব শাহুন থবক নিজবগে। (খোকথি)

সু— নমাই ঐডোম্ম করি শিন্না পীবিগদবা মহারাণীজী ?

(মখুক্ট নাম রৈতায়. মথুং লোয়ম্মুন থুংলি লেম্মুক)

র— (মহারাণী শাহুন) মীনাইহুবী নং ঐগী খোঙজিল চাকউ, নিপা থবক থিরব চাক নিরব অমত্ত চংলম য়ারে। নথৌ

নিংথিন তৌব ওঙ্গবদি নং কোম্বুংসিদে শিত্তোবদি থওঙ্
সুমজিৎম— ঙাই চিনব ফনব

(তুপীমচান থোওভাকপ শাখি, রম্ভান থম হৈতুম থকথি।
তম্ফান অয়াব শককমদ মকোক কান লাকই।)

তম্ফা— ঙা অমত্ত হংজগে?

সুপী— কনানো কম্নিগী ওইরবনো?

ত— ঐ থৎক থিব লাইরবনি, তোলোব চাব থবক পওন্না য়াদব লৈরবাদ অমত্ত নিজগে, মহারাণী রম্ভা লিক্লী কোম্বুদ লৈবীহু অমুক্ত উম্নহন্বিয়ু।

সু— মহারাণী রম্ভাদ নিপা পম্ব য়াদ্রে, চাক নিব থবক থিব নিপা চংহম্ব য়াদ্রে হায়ব হুকুম লৈ। মযুমদ হল্লু য়াদব ইকাইব থওদব নিপা থরদৈ মহাক খীখ্রে।

ত— অদু ওইরবদি শেল য়াম্ন ফুরিংখাওদ হায়, মতিক মগুণ লৈব মাগী মরুপীহু লাক্রে লিক্লী মথুম হাংজো হায়রু।

র— লৈম্ন থকপ, চাক নিব নিপা নত্তেকো? থবক থিব লাকপ নত্তেকো?

সু— নত্তে, ঐঙ্গা। ফুরিংখাওদ শেল য়াম্ন য়াওরি, মহৌশা মহারাণীগম্সু শক থওনথিব কলেজা বালা ওইরমানে।

র— মহাক্ক শেল চারগ থাজিন্নকদোরিব জাৎলাও?

সু— কদায়ুনগী মশক কাওব থওজদে ননাই. ঐদি, মহাক্ক হায়ব য়াকপা ঐন থাজজবদি নিপাহু মহৌশা মহারাজ শাথ্রমানে ৫ রুক ১০ রুক।

রম্ভা— করি নৈবাক্নি মহারাজ? করম কোম্নুংদা?

মুপী— কল্পনা দেশকি মহারাজ, লুরব লিক্লীগী কোম্নুংদ।

র— মচু ওইরবদি থীরো লেংশিহনরকউ, লিক্লাই ইবুংঙো নিং-
থৌরেনবু।

মু— ফনি মহারাণীজী। (থোক্লগ)
(মথুং লোম্নহুন) মহারাজ ইবুংঙো, লেংশিন্বিব য়াবনি।
(ভম্ফ। চংথি ফন্দুন থোক্তাকপী মুপীমচান চপ লেপ্লন মথা
চিক্লুন লৈহৌই)

র— লেংশিন্বিরকসি তাংবন্দ মৈদিঙু সনা কগুডাওনব, লিক্লাই
ইবুংঙো নিংথৌরেন, মঙলান কোইডাওনব, তাইবং শেবাংনব
ইবুংঙো। (হৌগংতুন নোল্লুক চৌকী থায়)

ভ— কমদৌরি ইবেম্মা য়াইকবিত্রা? সোইরম ডাকপী লৈমরেন,
লংলব লিক্লীগী কোম্নুংদ কুন্দুনত লৈরত্রা নথুম হাংদনা?
হকচীক লাংব কংত্রবা কোইডাওনব পাথঙন পায়ব লিক্লীগী
কলেজা গ্রাসতা? কোলোই নপাউ তম্মু তাসি, নশক হেম্বৌ
লীচং থোয়বী, শাজং হায়বী।

র— পাথৌরক্কগী অথোইব, পাম্মুব থঙদব, পম্হৌ কিদব পাথঙ
কয়া মাইথীব ফংলে ইনিস লৈম ঐ ইমাংদ, লৈমাইদ হায়-
হংতুন ফুরে ফুরিংথাও হোরব, চাকথাও তংলব পুক-
চাওব কয়া। ডাকপিয়ু কথিযু, থবক পীবিযু হায়জরে
মহারাণী ঐঙোন্দ। ইত্তিক লৈবী লৈমরেম থল্লি, মতিক
চাদন মবুক চাউক্রবশিংহুগী মবুক্তু লিক্লী মচেংন পিক্লব লেন-
হংসিরা নত্রগ মবুক অচৌবহু থরব তিজোই হৌব লরী

থীবিসিরা ? ✓মাখাগী অমত্তং তাকপিরম্মু লিক্লাই হবুংদো নিংথৌরেন মঙলান নৈবাক্ত লাম্মোইব। 

তম্ফা— মচু থম্বব মাব মাকপি নৈমরেন অথোইবী মঙলান লম ফিংবী. করিগুম্বা তম্ব নিপা অপাঙবদুন ময়ুম মুংলবদি, মমা মপান ইম্মোকপ য়াওরবদি, মুনী অঙাং কোইচায় চায়ন অবাব তারদি, চাম্বিকৈ মাবু পূকচেল শোংবী শিজ শক- তেখী। চুমজ্রা থম্মু মবেম্মা, মীচং মীথায় শাইদবী, নবুঙ্ বা মুম হৈজবী কলেজা নিজোম।

(রত্তান মঙক পৈদুন থল্লিডৈ, তম্ফান তানংবব ঙাক্চ- রিডৈ, তম্ফাম্মা নৈহাও চৈ অম চৈত্ত ওইন লায়রগ থাংচেং শেংতুন লাকই)

নৈহাও— ইবেম্মা কোম্মুং থেঙ্ঙাকপী, মা অমত্ত হংজগেবা!

মুনী— করিনো হম্মুবী ?

নৈ— মরাইদ ঐনী ইচা তম্ফ জাও হায়বতু লাকপকা উদেকো ?

মু— লাক্তে, ইমা লাক্তে, নগাহু মশক খঙদে।

নৈ— কোম্মুং মম্মুংদ নৈ লাকপ্রা অমুক্ত য়েংবিগু।

মু— কনাগম্ভ নৈতে, মহারাজগ মহারাণীগ নত্তনা। নগাহু মহা- রাজদি ওইরিরোই।

নৈ— ইবেম্মা নংবু কনানোনে ? (মন্ন য়েংই)

মু— ঐদি কোম্মুংগী থোঙ্ঙাকপনি, অতৈ কনাম্মু নাংত্রু।

নৈ— কন নত্রবম্মু আদ ফম্মিবসিদি, অমুক্ত য়েং মন্ন স লাওদা।
(চিংদুন পুরগ নমতুন চংথি)

স্থু— মহারাজ ইবুংঙো, লাইরবী প্রজা দুখী দায়োগা অমন করি থুগ হুরানপোং অম থিব লাকই।

তম্ফা— কনাগী প্রজাবো চংহন্নকনু, অরুব রা—

স্থু— নপাহু শিদোহ্রন শং থজংহোরে, নংন সিদ মহারাজ শাহুন লিক্লী মরক্ত লৈরিবোইরে। চংলু হৃজিকমক ঝুমদা (তৈন শেং শেং কান্ন মতৈ মনাওদা— অনীচু চেনথি) মহারাণীগু রৈগেদহায় কনাবু কিগথনো থরাই স্থুক চাক্লবদা। রৈগ তৌবদ রভাম্বু চেনথি— তাম্রহুন থর কলহোই) হিংচাবী মীজাবীসিদে। (চনথি)

---

# লিক্লী-লৈম

## ৪/২

চাওভন মযুমগী মাঙোন্দ কয় নাহুন হিগুুম লৈ। চরা হেনবদগী অহল ওইবগী লাইমন থেংনখিহুম কয় নাবে। মত্ত ফুগীগ নিপাগন মযুবোক শংই। মযুবোক্ল নাথোকপদ অঙাংগ্লুঅনীহু কিহুন অমুক চেম্থোকই অমুক চংশিন্দুন শিরত্রা য়েংই। মযুবোক্ল চোইম্বোন লোমদ কিহুন চেহোকই, লাপ্ন তাহুন মচিন মোপ্‌া লৈ। মপুগী চোইবোলপ মখোয়নীগ বারী শাই। (নোক্লিংব কপ্লিংবগ শিংজু গুব দৃশ্যানি. নিংখিন থল্লগ, ফজন ওম্বিরগ উংকদব অরুব সীরি)

মনিহার— অবোক্ল বাজিগ ইমাগ কৌব চংথবহু কুইরেদা, শি-দোরব অনাবৈ মনাক্ত লৈবসি ঐদি কিজখ্রে। কনাগীদনো লৈরুসবা ইচে?

সরলা— অবোক্ল শংগু হায়রম্বহুদি।

মনি— হোয়নে হায়রম্মিনে, শংজ্রবদি ওম্মোক লৈমক্লগ পীজ-রোইদো। ইচে, অচংবগ অশিবগসি মং কনান কি? ঐদি অশিবন কিজৈ।

সর— অশিবদি য়ৈবম্ব ওম্মরোই চৈবম্ব ওম্মরোই কৈদৌন কিদো-রিবা? ঐদি অহিংবন কি, নারব শিরবদি কিবিদে।

(নাথোকপ ভাবদ কিহুন মখোয়গী মনাক্তে হোৌগংলি, থর হন্দোকই)

মনিহার— ইবুবোক নাথোক্কনু তানিংদেবা। নাথোক্তোখক্কক শিখ্রোবা শংব রাদনবা।

সরলা— হায, শিখ্রো হায়কনু অবোক তারগ শাওনি।

চাওভন— (চোইরাল ওইনা) হা কৃষ্ণ ইবুংঙো থাম্বিরনু ননাই ঐ শিজ্জরগে।

(মখোয়না কিছুন মথুং শম্মরগ হন্দোকই) হিংচায়াত্তরগী চিঞ্জাক চাব, ময়াই কাব মহী থকপ মপা মুংশিব থরদব কংসগী লৈবাকসিদ ননাই লৈজনিংত্রে ফ্যানিথি। ঐদ শিজ্জরগ, ঐদ শিজ্জরগে। ঐন কবিগুহ শিথিব খোক্লবদি, লৈহাও, নং মুন্ন তাহৌ।

সর— অবোক লৈত্তে, করি হায়বগে?

চাও— (চাইরোল) ঐন শিব খোক্লদি তোর্বান্দ পুরগ ঐগী হকচাংসি মৈ থাদোক্কনুকো।

মনি— যুমদ স্বুম থম্বদি কনান শংবিদগে, ঐথোয়দি কিজৈয়ে।

চাও— (চোইরোল) যুমদ থম্মগ শংউ হায়ব নত্তে। ঐ হকচাংঙু পুরগ যু থককম শংগী থোঙ্গান্দ থেংনুকো।

সর— কৈদানবা অত্থাদ?

চাও— যু থকপ লাকপ মীন থক্লিংদনব। তবে কৃষ্ণ ইবুংঙো, ঐ রারে শিরগে। ননাই ঐবু চাম্বিরো। (থরো থরো শম্দূন হাইদুন অরাব থাংব উই)

(লৈহাও লাকই, তস্কান মপান্দ লৈরৌই, মনি মরৌ চংলকই)

লৈহাও— নবুদোক কম্নদৌরি ?

সরুনা— শিরগে য়ারে হায়।

মনি— অবোক ঐথোয় ইবুবোকসি শিরগ তুরেল মপান্দ মৈ
থাদোকত্রু হায়বনি।

লৈ— কৈদৌনৌ হায়রিবা ?

সর— যু থকফম শংগী থোঙ্গান্দ থৎলু চৎলু হায়।

লৈ— হুজিকপু তুম্মিব্রাও ? তঙ্ফাপা। তাবিব্রিব্রাও ?

সর — ইবুবোক, ইবুবোক নংন অবোক থিবদো অবোক লাক্লে,
করিনোহায়রো।

চাও— হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ। কদায়দগী মুনমনো ঐন নম্মিবও
সিবো ? লৈহাও, লৈহাও নংম্নু যু থক্লব্রা ?

লৈ— থক্কে, থক্কে, ভাবন ওইরিনি। নাত্তোনমকসু শিংখ্রেদকো।
মুপীমচা নচিন থুম্মু। (মচাদ) নং অসুরাইদ হন্দোকউ।

চাও— ঐগী মুমসিবু যুথক শংলাও ? মুথক শং ওইরবদি ঐন
শিরগ ঐগী হকচাংসি থোংজিন্দ য়ান্দুন থম্মুকে।

লৈ— ঐথোয়দি কদায়দ লৈদগে ?

চা— নং নপামদ শিক্লরো লৈহাও ? অচাং অনীহু যুনম হৈনব
তারে, হুজিকমক মমা পোকপ মবুংবাক মবেনবোক থোয়দ
থিব্রিক্লরো। নংন নপামদ চৎলো ঐ ইথন্দ শিজ্জহোগে চীক্ল।

লৈ— নচা নিপাগ নমৌ মুপীগ লাক্লে, থর লৌথংপিরম্মু —
মথোয়গী লৈভম লৈররোই।

চা— চঙ্ডকনু হায় যু থকপ যু থকপী মতৈ মনাওহু— মু তুংতমদ,

য়ু য়োনফমদ লৈফচো হায়ু। ঐন শিরব তুংদ ঐগী শরুত্থ যুমগী শন্দংথাদ থেংলগ লৈয়ব য়ানি হায়ু।

লৈহাও— শিরমদাইদ শাওব ফজে, শাওব ফজে, তম্ফাপা — অডাং অনীসি খুরুমহনগে থর লৌথংপিরম্মু।

তম্ফা— (চংলক্লগ খুরুম্মি লাপ্ল মপাদ, তুম্পীমচাসু খুরুম্ব য়াওই,— অভাওবী মায় অহুম) ঐ লাল্লে বাজি, ঐবু অমুক্ত লৌথং-পিরম্মু। ও, বাজি, মচা লুন তৌব বাজি, ঐ মতুং মনাও থকচরবোই মরম ওকচরগে— অমুক্তদি লৌথংপিরম্মু বাজি —ও বাজি। ও বাজি।

তুম্পী— (কপ্প য়াওন য়াওন) ও বাজি অমুক্তদি লৌথংপিবম্মু— ঐথোয়বু যুম লৈভহুন থোংবান্দ তাহৌব তারেন বাজি। ও বাজি, পাম্মুবা মচা মমৌ লুন তৌবিরম্মাও।

চাও— (তপ্প ইঙ্গিংন লৈহাও কৌশিল্লি মনাক্ত) কনা কনানো য়ুনম নম্বশিংহু তাস্থোকথো, নং চংলো অডাং পুহুন, ঐ হখন্দ য়ুমসিদ শিহৌগে। ঐন শিরগ মতৈ মনাওহু যুমসিদ কোয় লৈব য়ানি হায়ু। ঐন হায়খিবশিংহুন ঐগীদি লাইরে। তাস্থোকথো যু-মীশিংহু। (ফর ফব হায়)

তম্ফা— বাজিন করি হায় ইমা?

লৈ— মথোয়নী চংলো, শিরব মতুংদ লৈরো। ঐস্থ অডাং ২ সি মপু মবেনগীদ খিল্লুরগ ইপামদ শিরুনি। পোল্লে মংন য়ু থকপগী মহৈ য়াল্লে, নপা মীফত্রাসি মথন্দ শিঙ্কহৌরগে — ঐথোয় লোয়ন চংলো হায়রে।

(তক্কক তক্কক য়েংলম্মই মত্ত অনীভু মথুং নাম নামন শম্বিরে। মবুবোক থুকশ্মিন্নরে— কপ কপ্তুন চংখ্রে)

লৈহাও— নয়াথং মতুং ইন্ন, ঐখোয় চংলে তম্ফাপা— লৈহৌ-রোকা— লিংজেল থাব ইবুংঙো নতোমতা লৈজরগ শিনিংবদে— ননিং থুংহৌরো ইবুংঙো। হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ।

(কপ্তুন চংখি)

তম্ফা— বাজিন লৈহন্দ্রবনি ঐখোযম্ভু চংলেদো বাজি। রারৌবিম্ভকো নচা লমহেনবরো।

(মচৈ মনাও থুকশ্মগ মপা কৌহুন থোকখি কপ্প কপ্পহুন)

(মপান্দগী কপ্তুন কৌরকই)— ও, বাজি, ও বাজি, নংন হিংলিব মথৈ য়ুমদ লৈম্ভু হায়বনিন ঐখোয় কোম্হোংদ লৈগেকো বাজি— রারৌপম্ভকো, নংন হায়ব ইন্নবনে বাজি।

(সুপীমচাম্ভু মায়ন লাওহুন কাপ্প)

সুপীম – (কোম্মোংদৈ) ও বাজি! ঐবুদি রারৌগম্ভকো— নচা নিপাগী মতুং ইম্বনে ঐদে, সুপীদি নিপাগী মতুং ইম্ব হৌনবমিন নচা নিপাগী মতুং ইঙ্গরে বাজি। নথন্দ চীরু শিজলিংবদো ননিং থুংঙকো বাজি।

( থর হায়রম্বদগী চপ তিংখ্রে, মিহুল লেপখ্রে, হুংশা হৌনখিদব মতৌ উরে।)

(ভহাক লৈরগ ঙাওরিব তম্ফা চংলক্লগ লাম্নপন)

তম্ফা— বাজি, রারৌবিব য়াদে ভহাক্তনি, নিংভমদব রাকম অম লৈরে. অমুক্ত শেংদোকচহৌগে। (মচিন থুম্মগ ভাংই মনম নমাথিদনব) বাজিন শিরগ তোর্ব্বাম্ন মৈ থাগম্ভু বার হোটৈন্দ

বজিগী হকচাংশু য়'লু হায়বন চুমত্রা ? নত্রগ ঐখোয় য়ুমগী শন্নংখাদ থেংনু হায়বন চুমত্রা ? মশিমক্তং শেংদোকপিরম্মু ঐ ভাব অম ভাজহৌত্রে। হায় করিগীনো ? ফিজম অম তৌরত্রা ? (চংশিন্দুন য়েংই, মুংশা হোম্ব তায়, মিহুল পায়, মমিৎ মনা ইথক থকই)

বাজিসি শিরব হায়বত্তু ওইব তারে। ওঃ মুপীমচা ! মহারাণীগী খোঙতাক শাবী। চংলকও লাকও, ঐখোয় বাজি শিরে, ইমানী য়ুমদ চংব য়ারে নহায়।

(ফিন কুপই মপাবু)

মুপী— (কপ্পুন চেন্সিল্লকই) ও বাজি, ও বাজি। ঐখোয়বু কমদোন হিংহৌগদগে বাজি ? য়ুমসিবু থাংবৈ মুংলো হায়বিত্রা বাজি ?

তম্ফা— কৈরোই লৈকাই তাখিনি, কপকনু ইকাই।

মু— লৈকাই মী থর কৌসির'গ ?

ত— কৌরোই, কুহৈ য়েংগে হায়নি। য়ু থকপ অমাংব ইমুংদ মী চংবিয়ু হায়দুন নেকপ হৌনদে। ইমানী হেক্ত হোংনসি।

মু— তাকপিয়ু করম করম তৌসি হায়বা ?

ত— বাজিন য়ারমত্রবনিন ইমানী মতুংসিনদি থকপ য়াত্রে। মরম অঙ্কুন লিক্লী অময় থকপদ শিজিনব পাত্রম্মু করিমু থোগোংপ বাজিগী সংকার তৌব অরোইব যজ্ঞদ হাপথিব তারে। অরৈমথৈ থিহুন পুখোরকউ।

মু— কনি, পুঁথোকচরক্কে। (চংখি ইমুংদ)

ত— পাম্মুইদকো বাজি, ঐবু লুন তৌবনিদকো ঐগী বাজিদো।

ঐন হায়রিবয়খৈ খ্বারম্ বাজিনিদকো। ও খাজি! মচাবু ওাকপিরুকো। হয়েং মপোক্কন্নু নংগী মচা ওইব পোকচ-খেকো— মরক্তুদি ওক্লনিয়ে হয়েং মপোক্তদি।

( মথরাই চাক্ক কয়ি )

( খুগীমচান লিক্লী অমনব ময়াম থোমহন পুরকই মথং মথং হোন্দোরকই। তম্ফান মপাগী মনাক্ত পৈশিল্লি। খুগী-মচান ইমুংদ চংখ্রগ লাওরকই।)

খুগী— ও, মনিহার মপা! অমুক্ত লাকপিয়ে।

তম্ফা— কৈদৌরে হা?

খু— লিক্লী অচৌব অমদি ইথদ্দ থাংবা ওমজে। অমুক্ত থাং-মিন্নসে। (থোরকই)

ত— কদায় করম লিক্লীনো? (চংমিন্নথি)

খু— লুখুমগী উপু কাচিন্দ অসোন্নবৈ লাকপ মমল য়াম্ব লিক্লী অম লৈয়ে, তম্বাইদি কাবাংতন য়াওরিম্বানে। মচুমদি থাংদোকপ ওমবে লুমখ্রে।

ত— চুমইনহায় খর থক্লগ বাজিম চৈনি হায়হন লোংঙিন্দুন থম্ন-থিব ত্রাইজীন লিক্লীহ ওইরিনি। করিগীনো মান লৌথোকপ য়াত্রিবদে পন্দুন লৈম্নব জাংলা?

খু— ভুক প্রেত্তন কোন্দুন লৈবগুম তৌগ্রে, লৌথোকে থাংদোক্কে তৌববু ওকওম ওমদ্রে।

( মথোয়নী কিরপ্ন মথোঙ থাওহন চংখি )

( মথুম খুমইব জাইজীন লিক্লী তম্বাই থল্লিবহু মওক্ত তম্ফাম পায়হন থোরকই, মনীংন্দ ম্রত্তা কে[illegible] সংলব শেং-লবীন মথুং অনীন কোন্দুন ইম্নকই। খুগীমচান ওকই

লাইরন পুবগী। মতৌ মনাওদি লিক্লী মনিংদা মলাইক লাই
নৈমছ উনবগী মতৌ তৌই।)

সুপী— লিক্লীগ উপুগ কুইন লৈমিন্নহুন কোংছিলং কাবনরা করিনো
ঐন থাংলোকপদদি বেরা অতুক তৌব লিক্লীছু মপুন পুববদি
ইয়াং য়াংন য়ারিনেসে।

তম্ফা— বাজিগী অরোইব যজ্ঞদ পূর্ণাহুতি পীথিনব ফন ফয়ে তথাই
অমরোম য়াওবি।

সু— পাম্মুহুন থয় ফানথিদোরিব অাংলা ?

ত— পাম্মুবৈ রা লৈত্রে হুজ্জিক্কি পী ইপান হায়বা ইরদোবনি,
লিক্লীসি যজ্ঞগী যৈ হৌরকপদ নুংদ মচেং মচেং থুগাইরগ
হাপথ্রদোবনি— মহীসিন হায় মৈদ কথোক্লগ। সিদ ভহাক্ত
লৈখো।

(লিক্লীছু লৈবাক্ত থম্মি, বস্তান ফমই মথুংন মনিংছু
পায়রগ মকোক্ত থোঙংতুন— রা অমত্ত ভাংদে। মপান্দে
এক্সাইজ আফিসারন কোরকপ তায়)

আফিসার— কনা কনা লৈবগে ? তম্ফাজাওগী য়ুম নত্রা সিবো ?

সুপী— মী অমন কৌরি মপান্দ।

ত— এক্সাইজ আফিসারগী মখোল য়াম্নি, লিক্লীশিংসি কি অমম
কুপশিন্দুন থম্মু।

সুপীমচান লিক্লীমথৈ থোমজিল্লগ ফিন কুপ্তুনা থম্মি।
সুপীমচান লিক্লী থাইজৌন্দু হিপহবদ বস্তাগু হিপথি লৈমাইদ।
আফিসার চংলকই।

আফি— নথোক্ক অহল লৈত্রে কায়বা তারে, ঐ য়াম্ন মুংভাইত্রে।
সিদ লৈবির্বাসিদি করি কনিনো ?

তম্বা— মঙ্গিন বাজিগী শিন্নব হকচাংনি। মলিমন ঐন থকথিব লিক্লী অমম অহাংব ডাক্তনি।

আ— কৈদোদোরিব কদায়দ পুদোরিবা?

ত— বাজিগী হকচাংসি তোর্ববান্দ মৈ থাগনু, শক মপুন্দু বার হোটেলগী থোংজিন্দ য়ান্দুন থনম্মু হায়। থার্ণী চৌংদ পুংথংলগ যজ্ঞ তৌরুগে— যজ্ঞগী মৈজুংদ লিক্লী অমম্বশিংসিন পূর্ণাহুতি পীরগ— মপোকসিমগী নেশা কাব পোং চাবরোই, ঐ য়ু থক্লারোই। যজ্ঞ লোইরগ শক মচেং ময়ামচু পুরকনি, মচেং অমন ঐথোয় যুমগী শন্দংখাদ থেংকনি, বার হোটেল খুদিংগী থোঙ্গান্দ শক মচেং অমমম থেংলুনি— য়ু থকপশিংনা মবুকচেল কাবদ মত্তেং ওইজনবা ইপা ইচাগী য়ারীসি নিংশিংছুব।

আ— ঐ এক্সাইজ আফিসারনি, নংগী লিক্লী ময়ামসি অহাংব ডাক্তবা, হাংদব য়াওরিব্রা য়েংগে।

ত— য়েংব য়ারোই সাহেব, মৈদ হুনজিন্দুনা কংনব পুদোরিবনি। ঐ সাহেবকি নথাদ থবক তৌব্রব নিপানি, হুকুম ইনব ডম্মরোই। ইপা শিখ্রব ইযুম কায়রব, থবক তোক্লব ঐন কিগদৌব করিমত্ত লৈজত্রে।

আ— ড্রাম ডাও, নং থবক তোকত্রি, নংগী কেশতু নংন ডব্ব ত্তারে। মতুংসিদ নরমচং ফজগদব ওইরবদি, নহাকপু এস, আই, হাপ্পিরনি।

তম্বা— অওইত্রা সাহেব?

আকি— চে অসি য়েংউ, পাটি।

(হয়াউন পারপ অফ্ফাব এটেনসন্দ লেয়প সালাম তৌই, আফিসারন ওকই)

অফ্ফাঙাও, এস, আই।

অ— এস সার।

আ— লিক্লী লোৎলিব ফিসি হায়গৎলু। (অফান ফি হায়গৎলি) থর য়াওরিব লিক্লীসিমদি এন পুখিব অয়ে।

অ— এস, সার। (আফিসারন য়স্তা চিঙৎতুন লিক্লী মতক পায়রগ)

আ— ঐ মসি পুরে, নং হয়েংদগী থক্ক কারকউ।

অ— এস সার, কাজরকবি।

আ— নং লিক্লীসি পাম্মুজেকো। নং লিক্লীসি পাম্মুজেকো

অ— ঐ মহু হুমুক থাজরে।

(আফিসার চৎথি, অফ্ফান সালাম তৌহৌই।)

অ— ও বাজি ইবুংঙো, মচা হুংশিবাও, নংগী কৃপাদগী লাইবক থীরব মচা থবুক অমুক হজিজরে। পাম্মুইদকো বাজি। (চানন কপই)

মুপী— ও, বাজি ইবুংঙো, বারৌবিগহুকো মবৌ লাইবক থীবিবু। বাজিন য়ারকপিবদগী লিক্লী লৈয়গ মচা নিপাগ কায়নরে, থারনরে, থাজবিরো, শোইদ্রে বাজি। (কপই)

অফ — কপ্পুন কায়দে মুপীমচা— ঐথোয় হিজোবনিদ কৌক্ত-খোঙগী উ য়া ই, ময়ামসিন বাজিগী থজসি হেক্ত লোই-শিন্নসি। বাজিন হারব ইন্দব য়াদেকো। থুরুম্মগ থাংজোক্লসি হিজোল চুথেক্ত। (অনীমক থুরুশি য়লি অরং অরং জেল্লা।)

লোইরব।